# কপাল কুণ্ডলা

## নাটক

অরাম্বন নিপামচা

অহানবা কোতবা— [illegible] ১৯৬৯ ইং।

কপি মশীং— ১২০

অকোৎবা— এডুকেসন ডাইরেক্টোরেতকী শেলগী মতেং
কংহুনা অইবা মশানা কোৎকবা।



মমল লুপা— ৫·০

---

নম্ফম— খোংনাংথাবা প্রেস, থুরাই লমলোং কৈথেল।

# ঐগী ৱারোল

অকাওবা কবি, উপন্যাস সম্রাট বঙ্কিমচন্দ্রগী সাহিত্যগী রস শুনা চেল্লবা "কপাল কুণ্ডলা" উপন্যাসকী রস পাঠকশিংনা থক-চবা ঙংই। অতৈ পা'ঙম্মদবা কয়াদি থুম্মি হাঙৈবদি তাঙৈ থকপদি ঙংদে। অদুগুম্বা মীওইশিংদুনা কবিগী উপন্যাসকী রসামৃত থকচবা ঙংনবা থৌরাং ওইনা কপাল কুণ্ডলা নাটক পুথোকে হাঙৈবা অচম্বা বাথল, মতম কুইনগী মমাঙদগী থজরকপনী।

নাটকসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা কবি মশামকী উপন্যাস হয়া হয় পাজখি অদুগা অতৈ মোগলগী ইতিহাস, বারীনচিংবা কয়া পাক্ত-তাজখি। পাঙম্লবনা কপাল কুণ্ডলা নাটক পুথোক্লবা হোৎন-জবসিদা অশোঙ্ব-অরান, মতীক চাদবা কয়া য়াওরমগনী, অদুবু কবিগী সাহিত্যগী ভাব-ধরা থরদং ছুইরবত্ন মীয়ামগী থম্মোইদা চিংশিনবা ওমগনা হাঙৈদুনা হোৎনজবনী।

কপাল কুণ্ডলা নাটক, কনাগুম্বনা শৈজনচিংবদা উস্তুনা শান্ন-বীগে হাঙৈরবদি হায়া অইবগা অমুক্তং উনবীয়ু।

অরাম্বম নিপামচা
থুরাই খোদাম লৈকাই, ইম্ফাল।

# লিলাদা চঙবা মী

নিপা—

১। সেলিম— বাদশাহা আকবরগী মচা।

২। নবকুমার বাঙ্গালি ব্রাহ্মন পাখণ্ড অমা।

৩। কপালিক— তান্ত্রিক পূজা তৌবা চহী হুম্ফুমকম শুরবা অমা।

৪। অধিকাবি— কালি উপাসক ব্রাহ্মন „ „ „ „।

৫। শের আফগান— বঙ্গদেশ সুবেদারগী মথাদা থবক তৌবা নহা অমা।

৬। অহল— লৈকাইগী বাঙ্গালি অহল অমা।

৭। পাখণ্ড— বাঙ্গালি পাখণ্ড অমা।

৮। নহা— „ „ „।

৯। মীনাই ৩— সেলিমগী নত্রগা লুৎফ-উন্নিসাগী মনাইশিং।

১০। ডাকু ২— লম্বীদা হুরান-চিন্থি তৌবা মীওইশিং।

নুপী—

১। বেগম— সেলিমগী নুপী। মৌ।

২। কপাল কুণ্ডলা— তান্ত্রিক পূজা তৌবী লৈশাবী অমা।

৩। মেহের-উন্নিসা— খাজা-আয়সকী মচানুপী লৈশাবী।

৪। লুৎফ-উন্নিসা— নবকুমারগী নুপী পদ্মাবতিনা ওইরকপা মৌ।

৫। পেশমন— লুৎফ-উন্নিসাগী লোইনবী নুপী লৈশাবী।

# কপাল কুণ্ডলা নাটক

## অহানবা উৎপা

মফম— মোগলগী জগোই শং,　　　　মতম— মুমিদাং।

মী— মেহের-উন্নিসা, সেলিম, লুৎফ উন্নিসা, মীনাই ২, বেগম অমসুং পুং য়েবা অতৈ যন্ত্রগী মীশিং। (যন্ত্রগী মীওইশিং মাগী মাগী থৌরাং তৌদুনা লৈরম্মী, মেহের উন্নিসাসু জগোই শাননবা থোংজিনচিংবা শিজিন্দুনা থৌরাং তৌরি, সেলিম মীনাই অনিনা থোগন তৌদুনা চঙলকই; ময়াম পুম্নমক সেলাম তৌই, সেলিম তাঙবলদা ফমলগা।)—

সেলিম— কদাই চান্নরবী! থোইথুম্নরবা নঙগী থোঞ্জেল, পুক্নিং চুরবা শাথেকী জগোই পেম্না তাহল্লো, উহল্লো পেম্না।

( মেহের-উন্নিসানা মোমোন নোক্না য়ু হৈহুনা লাল্লি, সেলিম থকই, যন্ত্র খোংলক্লে, পুং য়ৈরকলে, মেহের-উন্নিসা ঈশৈ শকই জগোই শাই। )

ঈশৈ— আ… … … … … …

শারে জগোই
য়ৈরো পুংদো
নোংথাং লৈমগী
জগোই তাম্বাদা।

থাবল ফরবা অহিংসিদা নীঙশিংলকলে হৌগ্র' মতম,
উরেনে মোমোন নোক্ন লেপথিবা মাঙদ শকফম।
হাঙ্গীখিবা তপ্ন ইকাইনা বা
ওইররে মতুনা থম্মোই কাঙ্গনা-বা॥
লৈমন চনগ্রবা নাপদৈ শীঙেন লৈরাং নাচোম
ঙসিদৈ লৈরাং মতৌগুম ফাওরক্লে শীঙেন লৈনম।
চাদনা থমখিবা কংলবা হৈরাং
উরেনে ঙসিদা ফাবগুম হৈজীং॥
নীঙমদ মৈনা চাক্লে মুজা ঐগী থম্মোই
মিংকী পিদা তাউগ্রে তোল্লবীগী অরা-মুংঙাই।
মুংশি খোঞ্জেন খোম্বাং মিরে
চেংলো শকম্থ মম্নি শামলে॥
উহনখোবা অমুক্তগা নওগী নীঙথীবা মাইথোংহু
তাহনখো হন্ন 'মুক্তগা নওগী মুংশি খোঞ্জেনহু।

ঙমথৈ লৈত' মৈচাকসে থম্মোইগী
কোকহল্লু ঙাইহাক্তস্থ মিৎন কুপ্পগী ॥

(ঈশৈ লোইবগা য়ু হৈত্থনা লাল্লি, সেলিম স্থংশিনা য়েংই, মেহের-উন্নিসা চৎকে তৌই।)

সেলিম— চান্নরবী! অমুক্তা হল্লকখো। হৈরখো মদিরা, ঐবু পেন্না অমুক্তা পীথরুখো। চঙশিল্লকউ ঐগী নাক্তা কমলো-লাউ।

(কোনগে তৌই।)

মেহের-উন্নিসা— জাহাঁপনা! তাকপীরিবা য়াথংত্থ বাদশাহ আলমগিরনা তাখি-উখিবা থোক্লবদি··· ··· ···।

সেলিম— তাসম্ন-উগ্রসম্ন, তুর্কিদগী ব্রহ্মপুত্র ফাওবা পুমঙান ঙালহললিবা য়াক্লবা স্থংশা মঙান অত্থনা থম্মোইগী থোৎ-নৌরবা স্থংশি লৈরাংগী লৈকাশিংদা রৈবদা করিগী মিৎনা কুপ্পদা খুইথরোই? মত্থদা ঐগী চিংনবা করিস্থ লৈতে। (য়ু থীনা ঙাওরে, মেহের-উন্নিসাগী মখুৎ পাঈত্থনা চিংসিনগে তৌই।)

মেহের-উন্নিসা— জাহাঁপনা! তোল্লবী তুর্কি নিঙোন ঐগীদমক···।

(য়ানিংদনা লাপতক্লা হন্দোকই।)

সেলিম— হা-হা-হা স্থং-শিবী! নঙগী থম্মোই লৈকোনগী লৈরাং লৈকাদা, খোইমু শের-আফগানতবু চঙজফম পীনিঙই অসি নত্রা? (মীনাই অমনা লুৎফ-উন্নিসাবু পুত্থনা চঙলকই, মখোই অনিমক সেলাম তৌই; মীনাই থোকখি।) কনা-নো নঙদি?

লুৎফ-উন্নিসা— ই-য়া আল্লা! ননাইস্থবীবু খঙবীত্রবরা?

সেলিম— অ! লুৎফ-উন্নিসা?

লুৎফ-উন্নিসা— জী হাঁ। (মেহের-উন্নিসাদা হুংশিদনা য়েংই।)

সেলিম— করিগী খণ্ডলোই, নণ্ডদি ঐগী পুক্লিঙগী পেন্নফম ওইবী সুরমানী; নণ্ডগী শুদ্ধংয়াই পুবা জগোই শাথেক্লা ঐগী মিংলমসি অমুক্তং থজহন্দুনা চণ্ডজফম ফংব্রবা ঐগী অবাবা মৈচাকসি কোক-হল্লু। (লুৎফ-উন্নিসা জগোই হৌগ্রে, মেহের-উন্নিসা সেলিমগী মনাক্তা চণ্ডশিন্দুনা রুমাম্না সেলিমগী মমাইগী হুম্নাংনচিংবা তৈথোকই অমম্লং মিৎলমদা কোইনা থত্তুনা জগোই উদনবা হোৎনৈ, সেলিমনা হৌগত্তুনা জগোই য়েংনবা হোৎনৈ; য়ু থীনা ভাওরে।)

সেলিম— বা-বা! (মেহের-উন্নিসাদা তুথগ্রে, মীনাই অনিগা লোইননা কোন্দুনা পুগ্রে; লুৎফ-উন্নিসা খা-না য়েংহুনা লৈহৌই। মখোংদগী খোংজি লোথোকই। অতে খোংবা-য়ৈবা চৎগ্রে।)

লুৎফ-উন্নিসা— লৈরাং থুদিংদা ঈরাং ঈনোৎ কাজরিবী খোইমু অমোমগী মশা করুবা হোৎনবদি করি নতীক লৈবগে য়েংসি।

(নাকল অমদগী বেগম চণ্ডলকই)

বেগম— মোতি নভ্রা?

লুৎফ-উন্নিসা— বেগম সাহিবা! বন্দি কনাস্থ য়াওদনা?

বেগম— বিবি! তাঙলবা কুম্মৈশিং অসি মীচমশিংনা তরাইনা হেক উজবা ফংবা য়াবা নত্তে, ঐতবু লাইবক ফবদগী ফংলরিবনী। তাও মোতি! নণ্ডতনিদো ঐগী চান্নবী। যবন নিঙোন মেহের-উন্নিসা হাঈবী অসিগী মপা আকতিমাদ-উদ্দৌলা হাঈবদি— খাজা আয়স

হাঙ্গবদো বাদশাহ আলমগিরগী লনথৈ পাম্নবনী। মানা মাগী মচা মুপীগী মিংচিগী লাংদা শাহাজদাবু থুহল্লবগী লম্বী শেম্বা ওইনা অঙম অথৌ থরগা লোইননা চাক কৌবা মুমিং অহুদা মেহের-উন্নিসাগী মফমদা যুবরাজগী থবাই লাম্থোক্লমলে হাঙ্গবা ঐ খঙম্লে। মুমিং অহুদগী শাহাজদানা অরোনবা লম্বী চৎপা অমদি কনাগুম্বীনা শাহাজদাগী মফমদা অরোনবা লম্বীদা চঙলকপা পুম্নমক ঐনা থিরক্লি, অহুগা খঙবম্তু লোইনা খঙলে। অহুগা নোংমদি রাজপুতকী মপু রাজা মানসিংহগী মচন মুপীনা ঙরাংতগী তুর্কি নিঙোন অমগী মাথং ইনবী ওইনা লৈররগনী হাঙ্গবদা ঐ চিংনদে।

লুৎফ-উন্নিসা— তাকপীরিবহু ননাইদি অরেম্বনী থল্লি। শের-আফগান্দা মেহের-উন্নিসা লুহোংদনবগীদমক বাদশাহাগী মফমদা যুবরাজনা হাঙ্গজবা পুম্বা অরেম্বা তারে, শোইদনা লুহোংবহু পাঙথোকশ্রগনী। সম্রাটকী পুন্সি মতোন লোমশিল্লকলে। সম্রাটনা থুপখিবগা যুবরাজন বাদশাহা, ইবেম্মনা বেগম অহুগা নজা ইবুংঙো থশ্রুনা যুবরাজ ওইবা হাঙ্গবসি লৈবাক্কী হোংলরোইদবা রাইনি।

বেগম— লুহোংদনবগী হাঙ্গজবা পুম্বা অরেম্বা তাশ্রবা, অচুম্বরনে মোত্তি ?

লুৎফ-উন্নিসা— অচুম্বনী বেগম সাহিবা। লুহোংনবা অথুবা মুমিং লেপশ্লে। ইবেম্মনা বাদশাহাগী মহারানী শোঙ্গদনা ওইরগদবনে।

বেগম— বাদশাহাগী মহারানী ওইবনা মীওই মপোক্কী মহৈ য়াম্লেদি হাঙ্গববু বাদশাহাগী মমা ওইবা ফজবনা থাইদগী হেল্লি।

লুৎফ-উন্নিসা— মতুস্সু করিগী ওইরোইদৌরিবনো? ইবেম্মনা পাম্বা পামদবগী বাতনী। (অবোনবা বাফম অমা খওহুনা হাঈবা বামী)

বেগম- করম্মনোনে মোত্তি?

য়ুৎফ-উন্নিসা— নজা ইবুংঙো খশ্রুবু সিংহাসন্দা হেক কাহনবীয়ু।

বেগম— মতুবু ওইথোকপা য়াবা বারনে?

লুৎফ উন্নিসা— করিগী ওইথোকপা য়ারোইদৌরিবনো? মোগলগী পাক চাউরবা লৈপাকসি রাজপুতকী পাম্বোম পাঙ্গলতনা লিংখৎপনী। অদুগুম্বা রাজপুত শাগৈগী মকোক ওইরিবা মানসিংহ খশ্রুগী মাতুলনী, অদুগা মুসলমানশিংগী লুচিংবা নিংথৌগী মন্ত্রি মকোক খাঁ আজিমনা খশ্রুগী মকুবোকনী। মথোইই অনি চংহুনা হোৎনরবদা কনানো মখোঈগী মতুং ইল্লোইদবা? কনাগী মতেং লৌহুনবো যুবরাজনা সিংহাসন ফংগদৌরিবা? রাজা মান সিংহবু থবক অসি তৌহন্নবা হোৎনবনা ইবেম্মগী দাইনী। খাঁ আজিমনচিংবা অতৈ অঙম অথৌ পুন্নমক ননাইনা উ-নজরুরবনী। থবক শোঈদনা মাঈ পাকনী, অদুদা চিংনবা অমদি— সিংহাসন্দা ফমগ্রগা খশ্রুনা লমচৎ নাইদবী ঐসিবু তাস্থাকপিগদ্রা অসিনী।

বেগম— (নোক্লগা) নওনা আগ্রাসিদা নপুক্লিংনা খোঈদাবা অঙম্বদো মতুগী য়ুমগী মবেম্মা ওইহনগনী নহাক। নপুরোইবদো লানমী লিশিং মঙাগী লুচিংবা ওইহনগনি।

লুৎফ-উন্নিসা— অওইবমক্তি বেগম সাহিবা। খাঁ আজিম উ-নহুনা বাফম অসিগী মরিদা অচেৎপা বারী শা নরে। মহাক্কা হাঈরি—

"করিগুম্বা খুদোংচাদবা অমদগী ঐখোঈনা থবক অসি পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি, নও ঐগী হিংকম লৈতে, থবাই মাঙদনবা চঙজকম মকমদি উরিষ্যা নত্তনা লৈতে। মকম অত্থুতংদি মোগলগী মঙাল অত্থুক হাল্লা চংদে, উরিষ্যাগী লানমীশিংত্থু ঐখোঈগী খুৎ চলহৌবনা চুম্মী" অসিনী। ঐগী ইবু থু উরিষ্যাগী লানমীগী মকোকস্থ ওইরি। খাঁ আজিমনা হয়েং ঐগী ঈবুংত্থু "লান্দ শাথিনা শোকলে" হাঈনা লাউথোক্কনী। ঐ মাবু য়েংলুগদৌরিবনী হাঈজিন্দুনা হয়েংসিমক উরিষ্যাদা চংচক্লগে। মকমত্থুদা তৌগদবা থবক পুম্নমক শীল্লম্নগা য়াম্না থুনা অমুক হপ্পরক্কে।

বেগম — চংলু, নিংথৌ শেম্বগী থবকনী; থবক খুদিংমক মিকুপ নাহুম য়েংনা চেকসিন্না হোৎনগদবনী। (কোঈনা মী য়েংলগা) দরকার ওইগদবা পোৎ-চৈ মীনাইনচিংবা পুনিংবতা পুথো, চংলো খঙলেদনা। (লুৎক-উল্লিসা সেলাম তৌনা তৌনা থোকখি, বেগমস্থ মী কোঈনা কোঈনা য়েংত্থুনা লৈহৌই।)

**Light Off.**

# ২-শুবা শরুপ

**মফম— সমুদ্র মপালগী জঙ্গল,** **মতম— নুংথিল।**

**মী—** অহল, পাখং, নহা, নবকুমার, কপালিক অমসুং কপালকুণ্ডলা (পাখং অমসুং অহলনা চাক থোংনবা লৈরংনচিংবা শেমহুনা লৈরম্মী। নহা—ফিংনা চংলকই)

নহা— খুরা! ঐখোইগী চাক থোংনবগী থৌরাংসে অরেম্বা তারে মাঝিনা ঐখোই পুম্নমক লাক্লো সমদ্র জ্বার কারক্লে, মফম অসি থাদোক্তুনা থুনা চৎহৌদবা য়াদ্রে, নত্রবদি খুদোংথীবা নংলগনী হাইরি। (নোং-নুংশিৎ শিৎলকলে, নোং থাকই, শা-কৈ খোংবগী খোঞ্জেন তাই, কোইনা য়েংলগা)

অহল— চুম্মিনে, অকিবা ফংলবা নোংলৈ-নুংশিৎকী মখোন তারে। অহুবু, নঙগী নবকুমার হাইবহুনা শীং থিবনী হাইহুনা চৎখিবহু ফনা মকুইরে; পাক-চাউথ্রবা জঙ্গল অসিদা শীং চরা অমত্তং থিববু হৌজিকফাওবা হল্লক্তি্রনে। ঈচাশা! শা-নবু চাথ্রবরা? অনক-পদা শাগী মখোন তারকপনে, য়েংউ অমুবা চৌংগী মতৌগুম্না হৌরক্লিবা ঈথক-ঈপোম অসি। (মপান্দগী মাঝিনা লাউরকই— "হীরোই ঈচিন ঈনাওশা! থিম্বরগমু, কাবীরক্লো হীথক্তা অরাপ্পদা নোংলৈ-নুংশিৎনা পুরক্লিবা ঈথক-ঈপোমসি মাইকৈ অশোমদা তম-লকলি; খোঙলৈ থুনা মফমসি থাদোকহৌদ্রবদি ঐখোইগী হি ঈথক্লা

ননথেক্ত্না লুপখিবদি শোঈঈব্রবনী।" ) ঈচাশা তারেদনা? মাঝিঙ্গী ঝাসি ইন্দ্রবদি ঐখোঈ খুদোংথীবা নংবা শোইদ্রবনী। চৎসি মাগীসু মরাঈবক্কা তম্বা অমা লৈরম্লগনী।

পাখঙ— করি ঝানোনে খুরা? ঐখোঈ পূম্নমকী ঈপুক চা-ননব-গীদমক হাঈছুনা শুরুবা জঙ্গল অসিদা মদোম শীং থিবা চৎখ্রিবা মী অছু হন্নক্তে, থিরুসিরা হাঈনা তাকপীবদি নত্তনা মরাঈবক্কা তম্বা অমা লৈরম্লগনী হুন্দোক্লম্লসি হাঈবিরিবসিবু, মছুদি য়াম্না পুকচেন পীকপগী ঝানী, চুমদে।

অহল— ( শাউনা ) পুকচেন চাউবা ইবুংঙো! হৌরক্লিবা ঈথক ইপোমসি য়েংউ, তাও, হি অসি মিৎন কুপ্পগী মনুংদা ননথেক্ত্না লুপ্নদি শোঈদ্রননী। মী অমগীদমক মী কুন কুম্ব্রাগী থবাই মাঙবনা অচুম্বা? হি-সঃ লৈজহোদনা। মাঝি! ছি অমুক্তা থামথো, ঐখোঈ লাক্লে। ( পোৎ পুছুনা অহল-অমসুং নহা চেনখি। )

পাখং— হা-হা-হা নবুক থম্না চাজনবগীদমক শীং থিবা চৎখিবা মীবু, মী তাথিদ্রবা শুরুবা জঙ্গলদা হুন্দোকলমছুনা চৎপা ঙম্বা পুক-চেন চেনবা নখোঈদি মতম লৈবা থিবিক্তা নশাগী কান্নবা তৌবিবা মীবু খুদোংথীবা মফমদা থাদোকনী; অছুবু মীগী ফনবা তৌবা মী অছুদি অবাফমদা ফনা তোঈনসু থাদোকসন্ন মখোঈ অছুদি অমুক হন্না মীগী ফ-নবা তৌরগনী। হি-সঃ নখোঈনা তোল্লবা পুকচেন চেনবা মী ওইরগা ঐনা করিগী অথোঈবা পুকচেন চেনবা মী ওই-রোইদগে। ( নোং-হুংশিং নেমথম্নকপগা লোইননা মমশিল্লক্লে,

পাখং থোকখি, জঙ্গলগী অরাপ্পা অতোপ্পা নাকল অমদা কপালিক শীংনচিংবা পুরক্লুনা যজ্ঞগী মৈ হৌগৎলি, মমিৎ উহশিন্দুনা লাই নিঙখি। নবকুমার শীং মপুন অমা পুত্নুনা চঙলকই। )

নবকুমার— কনাস্থু লৈত্রেনা! ( কোইনা য়েংই ) মফম আসবু! হীরোই ঈচীন ঈনাওশা! নখে.ই বদাই বদাইদা লৈবগে? করিনো, ঐগী প্রতি ধ্বনিতা তাত্রে; কনা অমত্তা লৈত্রবা! নোংলৈ মুংশিংকী মমাঙদা মখোঈনা মফম অসি থাদোক্লুনা চৎলুরবস্থু হৌজিক্তি নেমথত্রে মখোঈ কনা অমত্তনা ঐবু থিরক্লবসিনদি ঐবু হুন্দোক্লম্লগা মখোঈ পুম্নমক চৎপ্রবরা? মানী চৎপ্রবনী, হী লৈত্রে! ফজদেদা ঈচিল ঈনাওশা নখোঈগী পুকচেল! লাকমিল্লবা মী অমবু শোওলবা জঙ্গল শা-কৈ মরক্তা হুন্দোক্লম্বা ঙম্বা নখোঈগী পুকচেন ওম্ভোক্লা তমথিত্রেদা। মাইকৈ থুদিং পুমমম মমত্রে, ঐনা হৌজিক বদাইদা! লৈতে মফম অসিদি আশ্রায় লৈতে, চা-ন থক্লবা করি অমত্তা লৈতে। মফম অসিগী পাক্লবা সমদ্রগী ঈশিং অসিস্থু থুমহীগী শক্লকনী। আ! ঈচিল ঈনাওশা! ( অরাপ্পদা কপালিক্কী যজ্ঞগী মৈগী মৈঙাল উরকই। ) মৈঙান অসিনা করিনো? ( চঙশিল্লি। )

কপালিক— কস্ত্বম?

নবকুমার— ঐ ব্রাহ্মন্নি।

কপালিক— তিষ্ঠ। (নবকুমার কিবনা চেনগে তৌই।) মামঙ্গুসর।

নবকুমার— ( কিনা ওনশিন্দুনা ) ঈবুংঙোগী থৌজাল্লী, অত্থবু ননাই ঐদি অরাম-থৌরাংগী মৈচাক্লা থাওবা ঙমত্রে; থরদং থিত্থুনা……!

কপালিক— নঙসি ভৈরবীনা থাৱকপনী, ঐঙোন্দা চঙজো, চানা·থৱুবা .পাংলম শুনা ফংগনী। য়েংউ মাঙদা উৱিবা থাংপোকশং· সিদা চঙউ, চা-নবা উহৈ লৈবনী। মহ্র চাবা লোইৱগা উনাগী দোনাদা চফুদগী ঈশিংহ্র থকউ। অহ্রগা তুমনিংলবদি কৈ মউন লৈবনি, মহ্র থাৱগা তুমউ। মুম্না ভাও, হৌজিক উ-নৱিবসিদগী ঐগা অমুক উ-নদ্রিবফাওবা মফমসি থাদোক্কনা চংকম্ন। ( নব-কুমার কিনা চঙখি, কপালিক মাগী লাইনিং-লাইশোন তৌৱে, ধূপ্নচিংবা থাই যজ্ঞগী মৈরি বাংনা চাকথংলি। কপালিক অকাউবা অমা লৈবগুম থুনা হৌগত্তনা চংখি। পপাল কুণ্ডলা চঙলকই, কালি মূর্ত্তিদা লৈ অমস্তুং হৈ থাগোক মনা কংলগা থুরুম্মী, অহ্রগা ঈশৈ শকই )

ঈশৈ— চানবী হৈবী ঈমা জগদম্বে!
মুংশি য়ৱা খোঙ্গেনস্থ লৈজদে
করি শৈশরু নঙবু পেলহনগনী,
কংনবা করি লৈজদে ঐগীদী;
করি পোংলমনা কংসিগে পূজা!
পারু' অতিয়া পৃথিবী থম্না
লৈরিবা লেঙলি-পাল্লি 'পুম্বা
ঐগীনী হাঈবা লৈত্রে অমত্তবু,
থম্মোঈতা ভাইৱে ঐগী হাঈববু;
অসিতং কংচরি ঈমা নঙোন্দা।

(ঈশৈ লোইবগা হে লৈ ঈশিংনচিংবা কংলি, মী লাক-পগী শহুম তাই, মশক উরবদা থুনা লোংখি। নব-কুমার ঈশৈ মখোন তাখিবা মাইকৈ থিহুনা চঙলকই।)

নবকুমার— মফম অসিদা মুপী ওইবীগী খোঞ্জেলদা ঈশৈ তাগ্রিসিবু অওইবা মীমকী খোঞ্জেল্লা! অসিদদি কনাস্থু লৈবা উদে। উম লৈরোই, মফম অসিদা কনাস্থু লৈরোই, মসি পূম্নমক কপালিক্কি মন্নামী। ঐ হৌজিক করি তৌগনী! উমং অসি থাদোক্তুনা চংলসিরা হাঙ্গবস্থু কপালিক্কা মাগা উ-নত্রিবফাওবা মফমসি থাদোক-তুনা চংকনু, হাঙ্গরম্নিবতুনা করিগীনো? লম হেন্দুনা চংলবস্থু মহাক্কা শাত্তবা য়াই। কপালিকশিংনা মীনা তৌবা ঙমদবা থবকস্থু মন্ত্রগী পাম্বৈনা লাঙ্গনা তৌবা ঙম্মী। ঐ মহাক্কা হাঙ্গবা ইন্দবা চুমদে। লম্বী লম্মাংনরবা ঐহাক্কা কনা করম্বা অমগী মতেংনা ঐগী শাংলবা লম্বী লমতাকপীরগদৌরিবনো?

কপাল কুন্দলা— (উ মরুমদগী থোরক্তুনা) লম্বী চংপা ইবুংঙো! লম্বী লমঙাওনরবদি ঐগী তুংদা লাকপিয়ু। (নবকুমার থুমদে, ঈঙক-ঙকই; কপালকুণ্ডলা থোকখি।)

নবকুমার— দেবী! অমুক্তা—মাঙগ্রবা! মহাক অসিবু উমং অসিগী লাইরেম্বীরা নত্রগা কপালিকী ময়ারা? ও! কপালিক (কপালিক উরী-বারী থরা পাঙ্গহুনা চঙলকই।) অস্থুপ কুইনা ঈবুংঙোবু উবা ফংজদবসি করিননো?

কপালিক— ঐ লাইনিং লাইশোম তৌরুই।

নবকুমার— ঐদি লম্বী খঙজদে, চেঙজেলম্ভু য়্যাঙজদে; তৌগদবা পুম্নমক ঙৈবু ঙোগা উ-নরগা থম্নজগে হাঙ্গৈদুনা ঙাইহুনা লৈজরি।

কপালিক— ঐগা লোঙ্গৈননা চৎলসি লাউ। (কপালিক চৎপা হৌথি, নবকুমার চৎকে তৌই; কপাল কুণ্ডলা লোম্না থোরকতুনা নবকুমারগী ফীজি পাঙ্গৈদুনা থাম্মি।)

কপাল কুণ্ডলা— কদাইদা চৎকদৌরিবনো? চৎখিদু, হল্লো— চেনস্ত্রো। (পাউথুম ঙাইদনা থুনা থোকখি।)

নবকুমার— দেবী! তারিবা বাশিং অসিনা করিনো? (ঙাইহাক বাখন তৌরগা কপাল কুণ্ডলানা চৎখিবা মাইকৈদা চৎকে তৌই।)

কপালিক— (হল্লক্লুনা) নঙ করিমুক থল্লিবগে? খীম্বরগম্ভু লাউ। (কপালিক চৎখি, নবকুমার হন্দুনা চৎকে তৌই; কুণ্ডলা ঙাইখো হাঙ্গৈনা ইল্লিৎ তৌই।)

কপাল কুণ্ডলা— তৌজিকমক চেনস্ত্রো। মীগী শদুম নত্তনদি তান্ত্রিকশিংনা লাইগী পূজা তৌদে হাঙ্গৈবা খঙবীদ্রা? (কপাল কুণ্ডলা কপালিক হল্লকপা উদুনা বলিগী থাং য়ানফমদগী থাং পুদুনা চেনখি।)

কপালিক— (শাউনা) কপাল কুণ্ডলা! (কুণ্ডলানা চেনখিবা মাঙ্গৈকৈ ঙাইহাক য়েংলুরগা থুংলৈ থুনা নবকুমারবু উরী-বারীনা পুনশিনস্ত্রে।)

নবকুমার— থাদোকউ, ঐবু করিগীদমক পুল্লিবনো?

কপালিক— হাঃ হাঃ হাঃ বলি তৌননবগীদমক। (নোং থাকই, নোংথাং কুম্মি।)

নবকুমার— থাদোকউ ফত্রবা, ঐবু থাদোকউ।
কপালিক— লাউ নঙবু ভৈরবীনা কৌরে। (চিংবা হৌই, নবকুমার থাঙ্ডী।) হা-হ-হা থাঙগনুনে অপঙবা। (কপালিকনা নবকুমারবু কালিগী মাঙদা খঙইন ইম্বুগ্রে নবকুমার উপথুননা তুখি, জ্ঞান মাঙলে মশা পূম্বা ঈহং নাইহং শারে।) করিগীদমক কল্লবা নপাঙ্গলদু ফুদোকলিবনো? নহাকসি পোকচবগী মহে য়াল্লবনী। ভৈরবীগী পূজাদা নহাক্কী নশাগী শতুম কৎকনী, মসিদগী হেন্না নঙগুম্বা মীগী অতৈ করম্বা লাইবক ফবা অমা লৈরিবগে? (নবকুমার খরা খরা লেঙলকলে, কপালিক্না চিংশিন্দুনা শদন মথক্তা মঙক থাঙ্গৎগ্রে অদুগা লেঙদনবা তমস্নং নাম্বোকখিদনবা ছুই লংশিল্লে অদুগা মাগী ফমফমদা ফমদুনা যজ্ঞগী মৈ হৌগত্নুনা লাইনিং লাইশোন তৌগ্রে; নবকুমার জ্ঞান তারক্লে।)
নবকুমার— ফত্রবা মীনু শি খঙদবা। ঐবু থাদোকউ, ঐবু থাদোকউনে লৌনম চাউবা! নশাগী পেন্নবতা খনবদা মীগী থব ইবু শান্নপোৎকুম খনবা, পাপি! মীনুংশি খঙদবা ঐবু থাদোকউনে। (কপালিক মন্ত্রনচিংবা শোনগ্রে, মাগী মী মকোক্কী পাত্রদগী ঈশিংনা নবকুমারবু খিকতোকলে।)
কপালিক— হাই অপঙবা! হৌজিক অতোপ্পা বাখন তৌরগনু, নঙগী থবাই-চকহাংদো কালিগী চরন্দা কৎথোকচৌ অদুগা নঙগী পুক্লিং অদুনা ভৈরবীতবু মীঙশিংউ। (বলিগীদমক থাং য়ানফমদা থাং থিরকপদা লৈরমগ্রে; খাই লাউই; মরম খঙলদুনা কৈনা

ঙংবগুম ঙংলহুনা )— কপাল কুণ্ডলা ! ( থুনা থোকখি, অতোপ্পা নাকল অমদগী কপাল কুণ্ডলা চঙলকই। থাং অহুনা নবকুমারবু পুল্লিবহু ককথংলি শদন্দগী হুই লৌথোক্তনা নবকুমারবু থাদোকই। )
নবকুমার— দেবী ! নঙগী পরিচয় ?
কুণ্ডলা— হৌজিক মহু ঙাক্লবগী মতম নত্তে, ঐ লম্বী চিংজগে; থবাই হিংনবা চেনগ্রে ।
নবকুমার— ঐগী থবাইদি হিংবা য়াই, দেবী নহাক্কীদমক ঐ চিংনদবা ঙমদে ।
কপাল কুণ্ডলা— ঐগী শিবা-চঙবগী ব্রা থনবীরগম্বু, য়েংবীয়ু মীকংশি খঙদবসি অশোমদা অমুক লাক্লে, থিম্ববীরগন্নু চংলসি লাকপীরো। ( থুনা অনিমক থোকখি, কপালিক কপাল কুণ্ডলাবু ংিরুবদা লৈবুংদগী ওন্থহুনা মখোঙ য়েং থংবা তেক্লহুনা শেক্ল-শেক্ল শাড়ুনা চংলকই। )
কপালিক— কপাল কুণ্ডলা ! ( কোইয়েং য়েংই, ককথংলম্বা উরী-বারী উরকই; থাঙ থুনগংলি ) হা-হা-হা কবিম্নু লৈত্রবী মুপী মচা নঙগী লৌশিংনা কপালিক্কী কালিদা কংনবা শাবু থাদোকখিনা। হ্-হ্-হা লাংলু, মফম কদাইদা কয়া লাপ্পা নখোঙ্গনা চেন্দুনা লোংকদৌরিবনো ? পাপ চেনবী। নঙনা ভৈরবীগী মফমদ্রা কযা কয়াবক লঙজগ্রবনী। মহুগী প্রাইচিত্তি নঙগী ফোঙ ফোঙ শাবা ঈ থুজোক থুজোক কালিগী চবন্দা কংকে, ঙমদবা থোক্লবদি বলিগী 'থাংপাক অসিনা ঈশাগী ঈঙক কক্তনা ভৈরবীদা কংকে। চংলু, চেল্লু কয়া লাপ্পা চেনবা ঙম্বগে য়েংসি। কপাল কুণ্ডলা। ( মোং থাকই, নোংথাং বুপ্পী শাউনা মখোঙ শেক শেক্তনা চংখি। )

**Light Off.**

# ৩-শুবা উৎপা

মকম— অধিকারিগী খাংপোক। মতম— অহিং।

মী— কপাল কুণ্ডলা, অধিকারি, নবকুমার। (কপাল কুণ্ডলা য়াম্না নাশোন পীক্লা চঙলক্লুনা থোঙদা থিল্লি।)

অধিকারি— কনানো? কপাল কুণ্ডলারা?

কপাল কুণ্ডলা— মানি। থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু। (থোং হাংই।)

অধিকারি— করিনো মতম অস্তুক থেঙলবদা? (কুণ্ডলানা অধিকারিগী নাকোং ময়াদা লোম্না বা থরা হাঈ।) মহুদি য়াম্না লুবা থবকনিনা। তান্ত্রিক পূজা তৌবা কপালিকশিংনা, মপূক্লিংনা তৌগে নিঙবা থবক পূম্নমক লাঈনা তৌবা ঙম্মী। অহুবু ফরে, ভাবানী ঈমাগী থৌজান্দগী নঙগী ফত্তবা করিমত্তা থোকলোই, নীপা অহুদি কদাইদা লৈ?

কপাল কুণ্ডলা— লৈ। অশোমদা লাকপীরে। (নবকুমার চংলকই)

অধিকারি— ঈবুংঙো! নঙ ঙসি অহিংদি মকম অসিদা লোত্তুনা লৈয়ু, হয়েং নোং ঙানবগা মেদিনপুরগী লম্বীদা নঙবু ঐনা থিনবীগনি। চৎলু উনাগী খাংপোক অসিদা চা-না থরুবা উহৈ-বাহৈ লৈবনী মহু চারগা তুম্ফম লৈবহুদা চিংনদনা তুমলু। (চঙখি)

কপাল কুণ্ডলা— অহুদি ঐ চৎলগে। (চৎকে তৌই।)
অধিকারি— ঙাইখো, চৎখিনু। ঐনা নঙোন্দগী নিগদবা অমা লৈরি।
কপাল কুণ্ডলা— তাকপীয়ু, করি ওইরবনো?
অধিকারি— ঐনা নঙবু হেক উবদগী ঙসিফাওবা ঈমা কৌরক্লি, ঈমাদগীসু হেন্না হুংশি হাঙৈবসি ভবানিগী চরন শোক্না বাশকপা ঙমগনী। ঐনা নিগদবা পোৎশক অসে থৌশাদবা তৌরোইদ্রা?
কপাল কুণ্ডলা— তৌজরোই।
অধিকারি— অদু ওইরবদি নঙ কপালিকী মফম অহুদা চৎগনু।
কপাল কুণ্ডলা— মরম অদু তাকপীয়ু।
অধিকারি— নঙনা মফম অহুদা চৎলবদি নঙগী হিংফম লৈতে।
কপাল কুণ্ডলা— মহুদি ঐসু খঙজে।
অধিকারি— অদু ওইরবদি নঙনা মফম অহুদা করিগী চৎকে হাঙৈরিবনো?
কপাল কুণ্ডলা— কদাইদদি চৎকনী?
অধিকারি— লম্বী চৎপা নিপা অসিগা লোঙৈনহুনা অতোপ্পা লৈপাক অমদা চৎল্লো। (কপাল কুণ্ডলা তুমিন্না লৈ) করি খল্লি-বগে ঈমা?
কপাল কুণ্ডলা— মহাকী শক্লধা খাকপা মতম্দা মহাক্না লৈশাবীগা পাথংগা চৎমিন্নবা হৌনদে হাঙৈবিবদাই? হৌজিক্তি করিগী নীপা অসিগা ঐগা চৎমিন্নৌ হাঙৈরিবনো?

অধিকারি— মতম অহুদদি নহাক্কী পুন্সিগী ময়মদা করিসু কিফম লৈরমদে, অহুগা তৌফম থোকপা অফবা পাম্বেন্সু লৈরমদে, হৌজিক্তি পাম্বেহু তৌবা য়ারে লাউ ঈমাগী য়াথং লৌরুসি। (অধিকারিনা কপাল কুণ্ডলাগী মথুং পাঙ্গহুনা কালিগী মনাক্তা পুশিল্লি, মূর্ত্তিদা থুরুম্মী; আচমন তৌরগা লৈগী পাত্রদগী হৈ থাগোক মনা অমা লৌহুনা কালিগী চরন্দা কৎলি।) য়েংউ ঈমা! ভবাং গী চরন্দা কৎলিবা হৈ থাগোক মনাসি তাম্রে, ঈমানা লৌবীরে। ঐনা নিঙজরিবা থৌরম অসিগীদমক কৎচবনী; নিঙলিবা থৌরমহু শোঙ্গদনা মহৈ য়ানবা তারে। নঙ লম্বী চৎপা নীপাসিগা লোঙ্গননা চৎপ্রো। ঐ য়ুম্বানবা মীনা চৎপা লমচৎ থঙই। নঙনা চুম্না নীপা অসিগা লোঙ্গনহুনা চৎপ্রবদি থুল্লক ঈরক্তা মহাক ইকাইবা নঙগনী, নঙবুসু মীনা হঙ্গোইগনী; অহুনা নীপা অসিসু লুগুম্না ব্রাহ্মননি হাঙ্গবা তাক্লি। মহাক্না নঙবু লুহোংহুনা পুপ্রবদি থবক পূনক মহৈ য়ানগনী। নত্রবদি ঐসু নঙবু মাগা লোঙ্গননা চৎলু হাঙ্গবা ঙমদে।

কপাল কুণ্ডলা— লুহোংবা। লুহোংবা হাঙ্গবা য়াহৈসি নখোঙ্গী নচিন্দগী তাই, অহুবু লুহোংবা হাঙ্গবহু কদাইবু কৌবগে হাঙ্গবহুদি থঙজদে।

অধিকারি— লুহোংবা হাঙ্গবসি মুপী ওইবনা তৌবা ধর্ম্মগী থাক অমনি, ময়ম অহুনা মুপীবু সহধর্ম্মিনী কৌই। (নোক্তুনা) জগৎ মতাসু শিব মহাদেবগা লোঙ্গননা লুহোংখি।

কপাল কুণ্ডলা— মুপী ওইবীগী লুহোংবা হাঙ্গবা ধর্ম্মহু চৎপদা

মপা মমা নত্রগা মখোঈগী থাকি মীওইগী পাউতাক য়াওদনা চৎথবদি চৎনবীরা ?

অধিকারি— মদোমদা খল্লুরবদি অরানবা লৈ, অহুবু করিগীদমক কপালিকনা নঙবু য়োক-থাকলকপনো হাঈবদি নঙ খঙলিরোই। তান্ত্রিক সাধন তৌবনা মুপীগা মরী থমদবা য়াদে; নঙসু নোংমদি ভৈরবীগী চরন্দ বলি তৌহুনা কৎলরগদবনী। তাউ ঈমা! নঙগী ফগদবা ঐনা পামজরিবা থৌরম ঙসি মহৈ য়ালহল্লু। চৎলু অশোম থবা কা অসিদা হীপ্নবা ফিদা লৈবনী, অহিংসি লেন্নবা হিপল্লুরো। (কপাল কুণ্ডলা খোইজেং মুংজেংনা তপ্পা চংথি, নবকুমার লৈবা মাইকৈদা) ইবুংঙো! তারিব্রা ?

নবকুমার — করি ওইরবনো? তাকপীযু।

অধিকারি - ইবুংঙোগী অওইবা পরিচয় অমত্তং খঙনিংহুনা।

নবকুমার — (থোরক্লুনা) ঐ ব্রাহ্মণী।

অধিকারি - লুগুন উবদা ব্রাহ্মণী হাঈনদি খল্লি। করম্বা জাৎনিনা ?

নবকুমার— রাঢ়ীনী।

অধিকারি— ঐখোঈসু রাঢ়ী ব্রাহ্মণী, উৎকল ব্রাহ্মন ওইরমগনী হাঈবা খনবীগনু। বংশনা কুলাচার্য্যনী; অহুগা হৌজিকনা ঈমাগী খুয়াদা চঙজহুনা লৈজরিবসিনী। ইবুংঙোগী মিংদি করি কৌবগে ?

নবকুমার— নবকুমার শর্ম্মা।

অধিকারি— লৈফমদি ?

নবকুমার— সপ্তগ্রামদনী।

অধিকারি— ইবুংঙোদি করম্বা কাঙবুনো ?

নবকুমার— বন্দ্য ঘাটীনী।

অধিকারি— য়ুম পাল্লবরা ?

নবকুমার— পানজরে।

অধিকারি— ( ভাহাক খল্লগা ) সহধর্ম্মিনী অদুদি হৌজিকমক ?

নবকুমার— লৈত্রে।

অধিকারি— মরমদি ?

নবকুমার— ঐগা লুহোংলবা মতুংদা, মহাক মাগী ঈমুং-মন্নুংগী মী পুম্নমক্তা লোইননা উরিষ্যাদা চৎখি। মতম অদু আকবর শাহানা পাঠানশিংবু বঙ্গদেশতগী তাম্থোকখি। মতুংগীদমক মোগলগা পাঠানগা শোরুবা লান মরক্তা, মখোঈনা উরিষ্যাদগী হল্লকপদা পাঠানশিংনা ফাদুনা মখোঈ পাঙল ওলহনখ্রে। হৌজিক মহাক অদু কদাইদা লৈরিবগে নত্রগা শিগ্রবরা হাঈবদু খঙনবগী পাম্বৈ লৈত্রে।

অধিকারি— হন্দক ঈবুংঙোগী খোঙচৎ অসি মা অদুবু থিরুবা লেঙলুরিবরা ?

নবকুমার— নত্তে, মহাক থিননবগী লম্বী মাঙখ্রে। ঐবু পোকপা ঈপ্পা লৈখিত্রে, মতুংগীদমক তীর্থ স্নান চৎচরুবগী হল্লকপদা খুদোং-থীবা অসি থোক্লিবনী।

অধিকারি— খঙলে, খুদোংথীবা অদুদগী মুপীমচা অসিনা ঈবুংঙোগী থবাই কনখ্রে। মহাকী চঙজকম ওইরিবা কপালিক অদুদি অঁকিবগী

মশকনী। মুপীমচা অসিনা মহাক অহুগী মফমদা অমুক চৎপ্রবদি মাগী ছিংফম লৈত্রে। মসি কোক্লবগী করিগুম্বা উপাই অমত্তং তৌবীবা ঙমগদ্রা হাঙ্গৈবহুগী মরমদা খঙনিংহুনা।

নবকুমার— মরম পূম্নমক খঙবীরবা ঈবুংঙোনা ফত্তবা থোক্তনবা শীনবীয়ু। মাগী ফননবগীদমক ঐগী থবাইসি কৎলগা কাম্নগদবা লৈরবদি মহুস্থ ঐ তৌগে নিঙজরি। মাগী থবাই কম্ননবগী মীহাৎপা নীপা অহুগী মফমদা ঐনা অমুক হম্না চত্তুনা ঈশা অসি মঙোন্দা কৎথোকলু তাকপীরবস্থু চিংনজদে।

অধিকারি— হা হা ঙাওরেদনা, মহুদগী করি মহৈ ফংগনী? মানা থবাই লৌখিনী। মহুনস্থ কপালিকী অশাওবহু নেম্বা ঙমলোই। মসিগী পাম্বৈ অমত্তংদি লৈ।

নবকুমার— করিনো তাকপীয়ু।

অধিকারি— নহাক মহাক্কা লোঈননা চেনখিবা অসিনী। নখোঈ মফম অসিদা কুইনা লৈবা য়াদে, মরমদি মীহাৎপা কপালিকসি ঐগী অসিদা চৎথোক চৎশিন তৌই। অহুনা, নহাক্কা মাবু লোই-ননা চৎপী মুপী অমা ওইনা পুজেমগেরা? অহুম্ন তৌরবদি নঙনা মাগী লৈফম পীগদ্রা? নঙনা মাগী লৈফম পীত্রবদি মহাক কদাইদা অমুক চৎকনী?

নবকুমার— (ঙাইহাক বাখল তৌরগা) মাগীদমক ঐনা তৌবা ঙম-লোইদৌবা থবক লৈতে। মহাক শোঈদনা ঐগী ঈমুংদা লৈগনী।

অধিকারি— ফরে অহু ওইরবদি, নঙগী শাগে-নাতৈনা মহাক কনাগী মুপীনো হংলবদি নহাক করমনা খুমগনী?

নবকুমার— (রাখন ঙাইহাক তৌরগা।) চংনবীদুনা মাগী অঙেইবা পরিচয় অহু ঐবুসু খঙহনবীয়ু। মহু ঐনা মীপূম থুদিংদা খঙহনগনী।

অধিকারি— অহুদা পা মথাঙ্গ অমা লৈরা চংনদবা লম্বীদা অতৈ কনা অমগু য়াওদনা নখোঙ্গ অনিদং চৎলো কবম থাসিবা?

নবকুমার— ঐবু তৌজো হাঙ্গবহু ভাকশাযু, ঐনা য়ারোইদবা লৈতে; করি পাম্বনো হাঙ্গবীরো।

অধিকারি— অহু ওইরবদি ফরে, মহাকসি ব্রাহ্মন অমগী মচানুপানি। মানা অঙাং ওইরিঙৈদ, ফত্রবা খৃষ্টিয়ান ডাকুশিংনা হুরানগা মহাক ইঙ্গী জহাজদা পুরকখি। জহাজ কাঙ্গরবদা নখোঙ্গনা হুপীমচা অসিবু সমুদ্র মপান্দা থাদোরখি। অহুদগী কপালিকনা মহাকপু ফংলগা মশাগী লাইনিংবহু মহৈ য়ানগনী খন্দুনা য়োকলক্লিবনী। মহাক হৌজিকফাওবা লুহোংত্রি, মাগী লমচৎ অসি য়াম্না ফেংই। নহাক্না মাবু লুহোংলগা য়ুমদা পুখো। ঐনা নখোঙ্গ অনি সাম্বগী নিয়ম মতুং ইন্না লুহোংবিরগে? (ঙাইহাক তুমিন লৈনৈ) নঙ হৌজিক তুমলুরো হয়েং ঐ নহাকপু হৌদোরকে; নথন্ত চৎলিঙলবসু চৎখো। নঙবু ঐনা মেদিনিপুর চৎনবগী লম্বী য়োনা খিনবীগনী। (নবকুমারগী য়ানিংবা মতৌ উরদুনা) রাতী লৈবাক্তা লুহোংবদা শোনবা মন্ত্রবু ঐবু কাউশ্রবরা! (ঙাওন ঙাওন থোকখি।)

**Light Off.**

## ৪-শুবা ঊৎপা

মফম— সমত্র ময়াগী খোঙ লম্বী তময়— অয়ুক অঙনবা।

মী— কপালিক, অধিকারি, নবকুমার, কপাল কুণ্ডলা।

( কপালিক মখোঙ শেক্র-শেক্র কপাল কুণ্ডলা অমস্যুং নবকুমার অনিবু নাইকৈ থৃদিং কোয়ঈনা য়েংহুনা থি, থিনা থিনা থোকথি। মপান্দগী মাঝি ঈশৈ শকই )

মাঝিগী ঈশৈ—

হে ঈবুংঙো পৃক্নিংগী মপু ওইবা!
ঐগী মুংথিনগী থবক 'পূম্বা
লৃপপ্রে লৈখা লৈতবা ময়াগী সমত্রদা,
হুমিদাংবাইগী কৎচবা পূজাসিদদি
তাহনবিরগমুকো অরেম্বদা।
পেৎহনবীরো থম্মোই মুংগুম কল্লম্বা
তাউহনবীরো পুন্সিসি ঈমিৎকী পিদা,
লোথৎপীয়ু ঐবু নঙগী হিদেন্দা;
পোকপা-শিবা তাইবংগী লৈরাং অনি
কৎচরবনিকো নখোঙ থাদা।

( ঈশৈসি তামনা অস্থুম অস্থুম লোইখি। অধিকারি ঈশৈ তানা তানা কপালিকনা চৎথিবা মুম্না য়েংলগা অরেপ্পা অমা খঙলহুনা। )

অধিকারি— লাকলো, চিংননিংঙাই করিস্থ লৈত্রে, মীহুংশি খঙদ্রবা কপালিক অসি সমত্র মপানগী লম্বীদা লাপ্ন চংথিহুনা হিজলিগী জঙ্গলদা চঙগ্রে। মাগী খঙহৌদনা তেক্লিবা মখোঙসিনা চত্তুনা নখোঈবু তাল্লকপা ঙম্লরোই। (নবকুমারদা) হাঈয়ু নঙগী শাগৈ-নাতৈনা চিংনহুনা··· ··· ··· ?

নবকুমার— ঙসিদগী হৌনা কপাল কুণ্ডলা ঐগী ধর্ম্মপত্নী ওইরবনী, মাগীদমক সংসারসি থাদোক্লবস্থ চিংনবা লৈতে।

অধিকারি— অস্থক কুইরবসিগী মতুংদা তেংবানবা ঈমাগী থৌজান্দগী ঐহাক্কী কপাল কুণ্ডলাগী মপাঙ্গল ফংজরে, মুংঙাইরে। ঐনা আশীর্বাদ তৌরিবসিনী, নবকুমার-কপাল কুণ্ডলানা তেংবানবা মপুগী সেবা মতম কুইনা ফংসম্থ। চংলু, হৌজিক মেদিনিপুরগী লম্বী তারে; মখোঙনা চংপদা বাবরীসিগীদমক দোলাই অমা নেক্লু চংলু। (ফিজিদগী শেল লৌথোক্কুনা পীরগা) লুহোংলবী কন্যানা দোলাই তোংহুনা মপুরোইবগা লোইননা য়ুমদা থিনবদি চংনবীনী।

নবকুমার— অস্থক য়াম্বা পৈশা।

অধিকারি— অয়াম্বা নত্তে, তেংবানবসিদা অস্থক কুইরবা মতম অসি-ফাও ঐগীনী হাঈনা অমত্তং লৈজরম্বা মল্লপ অদো ঙসিদি কাঈন-গদৌরিবনী; চংলু। (নবকুমার চংথি, কপাল কুণ্ডলা চঙলকই) লমশাং চংলকপদা বাবরা ?

কপাল কুণ্ডলা— ঈশাগী পাঙ্গলদি চোকথত্রি অত্থবু চিংনবা বাথন কোক্লবগী থনবদি বারে।

অধিকারি— মরমদি।

কপাল কুণ্ডলা— মরমদি ঐগী থোক্লিবা থৌদোক অসিগীদমক চং-লমদাইগী মতমদা ভবানীগী চরন্দা থুরুমজল্লুনা হৈ খাগোক মনা অমত্তং কৎচখি, মতু ঈমানা লৌবীখিদে; খণ্ডহৌদনা লৈবাক্তা তাখি।

অধিকারি— মত্থনা কত্তবা করিগু থোক্লোই। হৌজিক্তি অতোপ্পগী পাম্বে অমা থিনিংঙ.ই লৈত্রে, প.তি স্ত্রীনাং গুরু; নপুরোইবা নীংবা লুনা তৌবা অমদি মহাকপু লাইমক্তি হাঙ্গনা নীংবনা নহাক্কী ধর্ম্মগী থবক তৌবা হাঙ্গবত্থু ওইরবনী। মহাক্লা হাঙ্গবা পুন্নমক ঙাক্লা চং-কদবনী। নপুরোইবনা মোংকমদা চংলবদি নহাকস্থু মহাক্কা লোইননা চংকদবনী। চংলু নঙগীদমক দোলাই পুরকলে। (কপ্পী কীজিদগী পৈশা থোক্কুনা) সে, পৈশা অসিনা লম্বীদা চানিঙবা লৈত্থনা চাও। (পী)

কপাল কুণ্ডলা— (কপ্প কপ্প) নহাক্কা কাঙ্গনবগী মৈচাকসিনা ঐগী অরাম-থৌরাংবা হাঙ্গবা করিমুক লৈররোই, ওক্লে থমজিনবীরো। ঙসিদগী কনা অমনা ভবানীদ কৎনবা হৈ-লৈ থিবীনবা লৈত্রবনী।

অধিকারি— ঈমা ভবানীগী থোজাম্না ঐগী অবাংপা করি অমত্তা লৈরোই। নঙনা খঙলিবত্থমঙাই, হিজলিগী অচৌ অপিশক মী পুন্নমরু। ভবানীগী পূজা তৌনরিবনী (কীজিদা পৈশা কিশিনবী, নবকুমার চঙলকই) লাউ, ঐগী ঈমা নঙগী সহধর্মীনিবু থুজেং পাজিত্থনা শিন্নরিবসিনী। মতম কুইনা ঐথোঙ্গী প্রেম তৎন থানদকা ওইসন্থু। চংলোকো.ঈমা! (কপাল কুণ্ডলা অমস্থং নবকুমার পুম্না অধিকারিদা খুরুম্মী।)

**Light Off.**

## ৫-শুবা উৎপা

মফম— লমহাং লম্বী।  মতম— সুমিদাং।

মী— মোতি বিবি, পেশমন, ডাকু অনি, নবকুমার, মীনাই অনি। (মোতি বিবি-পেশমম বারী শাহুনা লাকই।)

মোতি বিবি— পেশমন! শের আফগান্না লৈরিবা মফম অহুদি নঙ খঙব্রা?

পেশমন— খঙজদে, মহাক অসি বঙ্গদেশ সুবেদারগী মথাদা থবক তৌবা মীনি হাইবা অসিতং খঙজে। (ডাকু অনি চঙলকই।)

১বা ডাকু— ঙাইখো। (চঙশিল্লকই।)

মোতি বিবি— নঙ কনানো?

১বা ডাকু— ঐখোঙ্গ ডাকুনী।

পেশমন— ডাকু! (কিমুংদগী লোম্না থাং শংলি, ২বা ডাকু চোং শিল্লকক্লনা চৈতুপ্ন ফুই, পেশম বাহুক্রে, ১বা ডাকুনা মোতি বিবিবু পুনশিনক্রে, ২বা ডাকুনা পেশমনগী মঙক অমসুং খুদাংদগী লিক-খুজি লৌথোকই)

মোতি বিবি— হাঙ্গ তোল্লবসা! পাজল লৈতবী নুপীবু শাখিনা ফুহনা পোৎ মুনবা হৌনদে। ঈখুত্তা থোকপা পোৎনি, লৌজখো সনা লুপা পুজখো ননিঙ খুংনা; শাগী লমচৎ অহুদি থাদোকউ।

১বা ডাকু— মচিন থীগ্রেদা। ( মথুত্তা পাঙীবা চৈনা মোতি বিবিদা ফুই, থাম্বথি ডাকুশিংনা য়াওরকপা পোৎ পুক্নমক পুগ্রে, মী লাকপা উহুনা থুনা চৎখি।)

নববুমাব— ( ফিংনা লাকই ) কনা কনানো ? কপাল কুণ্ডলা। কনাস্থ…… (কোইনা য়েংবদা পেশমনগী মশা মখোঙনা থেংনরবদা) করিনো ? ( মশা তাপ-তাপ পাঙীহুনা য়েংই, অতোপ্পা মফমদগী মোতি বিবিনা জ্ঞান তারকপগী থৌদেম্বগী মখোন তাই।) মফম অসিদা কনা কনা লৈবগে ?

মোতি বিবি— লৈ ঐবু থন্না ঈতেং পাংবীয়ু।

নবকুমার— নঙবু কনানো ? কপাল কুণ্ডলারা ?

মোতি বিবি— কপাল কুণ্ডলা হাঙীবদি কনানো ? ঐদি লংকৈ চৎপীনী, ডাকুশিংগী মথুত্তা ঐহাক নিস্কুণ্ডলা ওইরে।

নবকুমার — করি তৌরবগে ?

মোতি বিবি— ডাকুশিংনা ঐগী লোঙীনবী অমবুস্থ শাথিনা ফুবীরমলে, ঐবুস্থ ফুরগা য়াওরকপা সনা-লুপা ওন্না পুবিগ্রে।

নবকুমার — ( চঙশিল্লক্তুনা ) নঙ হৌগৎপদি ঙমগত্রা ?

মোতি বিবি— ঈতেং খজিক্তং পাংবীরবদি ঙমগনী ( নবকুমারনা কোনথৎপী ) ঐগী লোঙীনবী অসিগী ফিভম কমদৌরিবগে ?

নবকুমার— মহাক জ্ঞান মাঙবনী, নঙ চৎপদি ঙমগত্রা ?

মোতি বিবি— ঐগী কোকসি য়াম্না ঙাওগ্রে। ( নবকুমারগী লেংজুমদা শৌহুনা তপ্প তপ্প চৎপা হৌই।)

নবকুমার— হজোইগস্থ, ঐনা নঙগী নত্তেং পাংবা য়াবমথৈ পাঙ্গনী।
মোতি বিবি— থাগৎচরি, ঐগী লোইনবী অসিগী ফিভম অমুক্তংদি।
১বা মীনাই— ( ১বা মীনাই চঙলকই ) বিবি সাহিবা! ( সেলাম তৌই। )
মোতি বিবি— করিগী নখোঙ্গী অস্তুক তপথরকপগে?
১বা মীনাই— পোৎ পুবা মীশিংছু হুংঙাইবনা ময়াই কাপ্লে, মখোঙ্গী পুন্নমক খোমজিন্নগা লাকপদা ইবেন্মদগী তপথহৌরবনী। ( পেশমন তুহুনা লৈবছু উরহুনা ) করিনো তৌরিবসিদি? ( চঙশিল্লি, পেশমন জ্ঞান তারে, ২বা মীনাই চঙলকই। )
২বা মীনাই— বিবি সাহিবা! ( সেলাম তৌই। )
মোতি বিবি— ঐখোঙ্গী অনিবু ডাকুশিংনা ফুরমলগা সনা লুপা পুন্নমক পুপ্লে, মহাশয় অসিগী মতেংনা ঐদি থরদং ফরে; নখোঙ্গীনা মাবু পুহুনা ধর্ম্মশালা য়ৌনবা হোৎনরে। ( মনাই অনিনা পেশমন পুথি, নবকুমার মোতি বিবিবু মুন্না য়েংহুনা লৈ। ) করিনো অছুক মুন্না য়েংবিরিবহুবু? করিগুম্বা মতমদা মুপী অমুক্তা উবিখিদ্রিবরো? নত্রগা ঐহাকসি য়ান্না ফজনা উবিরুরত্র।? ( করেম্নবা বাহৈনী )
নবকুমার— (ঙাইহাক খল্লগা) মুপীদি ফনা য়ান্ন উপ্লে, অদুবু অস্তুক ফজবা শকফমদি অমত্তা উখিদ্রি।
মোতি বিবি— অমত্তা উখিদ্রিবা?
নবকুমার— উখিদ্রি হাইবদি গুমদে।
মোতি বিবি— ফরে, মহাক অদু অয়োমবী য়ুধগী মবেন্মরো?

নবকুমার— করি কররম্না ঐগী য়ুমগী মুপীবুনী খল্লিবনো ?

মোত্তি বিবি— মরমদি বঙ্গালিশিংনা মহাক মহাক্কী মুপীনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে হাঙ্গনা খল্লি।

নবকুমার— ঐহাক বাঙ্গালিনী, নহাকসু বাঙ্গালি অমগুম্না ঘা ঙাংই। নহাক্তি কররম্বা লৈবাক্কী মীনো ?

মোত্তি বিবি— ( ঙাইহাক খল্লগা মুংঙাইতনা ) লাইবক থীবী ঐহাক্তি বাঙ্গালি নত্তে, নোংচুপলোমগী পাঙল মুপীনী। ইবুংঙোনা ঘা ঙাংবা হৈবদগী ঐগী অণ্ডইবা পরিচয় খঙবীরে, হৌজিক ইবুংঙোগী পরিচয় ঐবুসু খঙহনবীরো। মহাক অত্তুগা মান্নবা ফজবী অমা লৈত্রবী মুপী অত্তুনা মবেম্মা ওইনা লৈরিবা য়ুম অত্তুনা কদাইদা ওইরবনো ?

নবকুমার— ঐগী য়ুমদি সপ্তগ্রামদনী। (মোত্তি বিবি খঙপ্রেক খংই)

মোত্তি বিবি— ঐগী মিংদি মোত্তি কৌই, ঈবুংঙোগী মিং খঙজবা য়াগদ্রা ?

নবকুমার— নবকুমার শর্ম্ম কৌই। (মোত্তি [illegible]ুক্লিংদা চিংনরম্বা অরেপ্পা খঙলে )

মোত্তি বিবি— ঙসাই মুপী ওইবীগী মিং অমা পন্দুনা হংখিবগুম তৌই, মহাক অত্তুরা য়ুমগী মবেম্মবু

নবকুমার— মানী। ঐ চৎলগে ?

মোত্তি বিবি— ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো, মহাক অত্তু ঈবুংঙোনা লাকপসিদা য়াওরক্লিব্রা ?

নবকুমার— য়াওরকই, মহাক ঐগী মাণ্ডদা চৎস্ত্রে; অদুবু ধৰ্ম্মশালাদা লৈরমগনী লৈরমলোই খণ্ডদ্রে।

মোতি বিবি— ও! ঐখোঈগী মাণ্ডদা মুপী তো.বা দোলাই অমা পুখিবদু শোইদনা ওইরমগনী; মখোঈ ধৰ্ম্মশালাদা থুংলগ্না য়ারে। মহাক অদু মাগুম্না অনিশুনা ফজবী নুপী অমা লৈতে হাঈবী মুপীদুরা?

নবকুমার— উরবদি খণ্ডবীগনী।

মোতি বিবি— য়েংবা য়াগদ্রা?

নবকুমার— মদুদা থোইনা ময়েং তাফম লৈতে।

মোতি বিবি— অদু ওইরবদি ধৰ্ম্মশালা য়োঁরগা অমুক্তং থৌজান-বীদুনা হাঈনিংঙাই লৈতনা ফজবী মুপীবু উহনবীযু। ঙসি অহিং-মক নত্রবসু ঐনা হয়েং আগ্রা চৎলমদাইদা য়েংজগে।

নবকুমার— য়াগনী।

মোতি বিবি— অদুদি হৌজিক ঐবু ধৰ্ম্মশালা ফাওবা পুবিরো চৎলসি। (মোতি বিবি নবকুমাবদা পাঈদুনা য়াম্না অপেনবা ফোঙদোক্না চৎখি।)

**Light Off.**

## ৬-শুবা উৎপা

মফম— ধর্মশালাগী মাঙ্গোল। মতম— মুমিদাং।

মী— কপাল কুণ্ডলা, ১বা মীনাই, নবকুমার, মোতি-বিবি, পেশমন। ( কপাল কুণ্ডলা মফি মরোল লোই-শিন্দুনা লৈ, ১বা মীনাই লাকই। )

১বা মীনাই— দেবী! কা অসিবাইদা নবকুমার··· ··· ··· ?

কপাল কুণ্ডলা— লৈ, করি তাকপীগদবা?

১বা মীনাই— ঐখোঈগী বিবি সাহিবানা চঙজরকপা য়াগত্রা হাঈহুনা··· ··· ··· ?

কপাল কুণ্ডলা— ঙাইহাক্তা ঙাইবিরমখো। (কপাল কুণ্ডলা চঙখি)

নবকুমার— (থোরক্লুনা) চঙবীরকপা য়াগনী হাঈয়ু। (মীনাই থোকখি, মোতি বিবি লাকপা উই। বিবি! লেঙশিনবীরকউ, হেক লেঙশিনবীরকদবদা।

মোতি— (মোতি বিবি, পেশমন চঙলকই) দম পতি লৈবা কানিদো, য়াথং অমা লৌদনদি?

নবকুমার— ওস্থোকপা বাবু তাকপীরে, করি সেবা তৌজগনী?

মোতি বিবি— ঈনাও অহুদ্রি?

নবকুমার— মহাক লাল্লগনী। (নোক্লুনা) বাদশাহা অমগী বেগমনা শেংপমক্তা মতীক চাদ্রবা কীজোলশিং অমদি মমল য়াম্রবা

হিরা-মনি মুক্তানা লৈতেংতুনা লেঙলকলিবসিবু মরীক মকোল অমত্তা লৈজত্রবী ঐগী সহধর্ম্মীনীবু য়েংবিগে হাঙ্গবগীদমক্তনিনে?
মোতি বিবি— লিক-কোলশিংসিদি উহনগে হাঙ্গতুনা শিরক্লিবনী। মুপীনা লিক-কোল লৈরবদি মহু মহাক্লা উত্তবা ঙমদে। (কপাল কুণ্ডলা চংলকই) ও! থোরক্লিবিসিনিনে?
নবকুমার— মানি। (কুণ্ডলা থরা হঙ্গোইনা .লপ্তুনা লৈ, মোতি কোঙ্গনা চৎতুনা কুণ্ডলাবু য়েংই; মশাদগী খুজি-খুদোপ লিক্লচিংবা লৌথোক্তুনা শিজিনবী। (পেশমন শাউনা অমসুং ঙক্লা য়েংতুনা লৈ।) করিনো বিবি তৌবিরিবতুবু? (মোতি ঙাইহাক খুমদে।)
মোতি বিবি— ইবুংঙোনা হায়খিবতু চুমলে। অসিগুম্বা লৈ অসিদি নিংথৌগী লৈকোন্দসু শাত্রি। মীরৈবাক্কী মুপী ঐবু করিগুম্বদা পুক্লিংদা নিঙশিংবিননবা লৈতেংশিংসি কৎথোকচরবনী।
নবকুমার— করি বানো? অসুক মমল য়াম্লবা পোৎশিংসি— হায়বীগনু।
মোতি বিবি— লাইগী থৌজান্দগী ঐগী লৈতেং অক্তেসু লৈরি, ঐদি লৈজেং শিদবী অমা খক ওইরোই। ঐনা লৈতেংশিং অসি মঙোন্দা শিজিনবীরগা ঐঙোন্দা য়াম্না মুংঙাইনা থোকত্রে। অসিগুম্না মুং-ঙাইবসি ঐগী পুন্সিগী অযুক্তা, কনাগুম্বা অমগী সেবা ফংলগনী খল্লুবদগী অমুক্তা থোকখি। মহুদি লাইবক থীবদগী ঐগী মুংঙাইবা মঙ অদো কাঙ্গখি। ঙসিগী, ঈনাও অসিদা ঐগী য়াওরকপা লৈতেং-শিংসি শিজিনবদা ফংজরিবা [মুংঙাইবসি কাঙ্গহনবীদনবা চিংনবা তৌদনা লৌশিনবীয়।

নবকুমার— ফরে বিবি, নঙগী স্নুংঙাইজবত্নুদা ঐনা থিংবা তৌররোই।
* মহাক অত্নুদি হৌজিক করম তৌগে ?
মোতি বিবি— মহাক অত্নু হৌজিক লাইবক যবী ঈনাওসিনা মশুং মমাম্নবা ইবুংঙোগী সেবা ফংজবগুম অতোপ্পা লাইবক ফবী অমগী মপু ওইগ্রে। (কুণ্ডলানা মোতিবু চিংনা য়েংই।)
নবকুমার— মহাক অত্নুগী থম্মোইদা নঙগী প্রেমগী মরীক অমা ফাওবা লৈখিদ্রবরা ?
মোতি বিবি— প্রেমগী মরীক অমদি থমগ্রো, ঈশামকপু শক থঙ-বীখিদ্রে।
নবকুমার— হোই, মীওইবগী পুকচেনসি মফম, মতম অমসুং ফীভমগী মতুংইন্না হোংবা নাই; অসিমক ওইরে হাঈবা লেপ্পা ঙমদে। লং-ফৈনিনা সেবা করিস্নু তৌহনজনিঙাই লৈতে। ঐস্নু পোথাজরুরগেনে ?
মোতি বিবি— ফরে, ঐখোঈস্নু চৎচরনী।
নবকুমার— হয়েং নোংঙালবদি লম্বী কদোমদা চৎপীগদৌরিবা ?
মোতি বিবি— ঐখোঈ বর্দ্ধমানলোমদা চৎচগনী।
নবকুমার— ফরে, অত্নুদি হৌজিক উনরিবসিদগী হয়েং উনবা ফংদবস্নু য়াই, মতম কুইনগী কাউনগল্লুসিকো! (চংখি, মোতি বিবি চিংনা য়েংত্নুনা লৈহৌই, কপাল কুণ্ডলানা মোতিবু য়েংই, পেশমন্না কুণ্ডলাবু য়েংই।)
মোতি বিবি— পেশমন!
পেশমন— করি ওইরবনো ?

মোতি বিবি— শামু মন্নাগী কেপ অদু পীরকউ। (পী) সে. ঈনাও! লৈতেংশিংদু শিজিন্নরুরবগী তুংদা কেপসিদা হাপতুনা থম্মু (পী) ঐগী শকফমসি করিগুম্বদা কাউগত্রা?

কপাল কুণ্ডলা— কাউজরোই।

মোতি বিবি— ফরে, নপুরোইবসু চণ্ড্রে, পোথাজরুরো। (চণ্থি।

পেশমন— বিবিজান! নীপাসিবু কনানো?

মোতি বিবি— (মী য়েংলগা) ঐগী ঈপুরোইবনী।

পেশমন— এ আল্লা! মাগী মুপীবু মশক খঙদবা?

মোতি বিবি— অওইবমক খঙদবনী।

পেশমন— মরমদি?

মোতি বিবি আগ্রাদা ওমরাহ ওইদুনা লৈরিবা ঐগী ঈপা অমদি ঐহাকসে ঙসিদগী চহী তরেৎ নিপানগী মমাঙদা কুলিন ব্রাহ্মন ওইরম্মী, মতম অদুদা ঐগী ঈমিং পদ্মাবতি কৌরম্মী। অহল মশেন হাঈন শিংনদুনা ঐ মঙোন্দা লুহোংলে। মাগা ঐগা য়ুম্নাক মিং অমসুং লৈফম খঙনবথৈ নত্তনা শক নিঙথিনা খঙনখিদ্রি। ঈপামদা লৈনা লুহোংলবা মতুং মুমিৎ তরেৎ নিপান্নিগী তুংদা লৈখিদ্রবা ঈমাগীদমক ঈপাগা লোঈননা উরিষ্যাদা লাই খুরুম্বা চৎলুবগী মল্লকপদা তমথিরবা পঠানশিংনা ফাদুনা ঐখোঈবু পাঙল ওলহনখি। মদুদগী ঐখোঈ ঈরৈবাক অমদি য়ুমদা হনবগী ৱাখন থাদোকখি। অসি পুম্নমক্কী মথক্তা ঐগা মাগা ঙসি উনবা মতমদসু ঐগী অশেংবা পরিচয় অনদি মিং তাকখিদে।

পেশমন— তাকখিবদা করি অকাঙৈবা লৈবগে?

মোতি বিবি— ঐগী থোইনা কান্নগদবা উদে। কৱে ৱাক্ষসি তোক্লসি, নঙ থাজা আয়সকী মচান্নুপী মেহের-উন্নিসাগী মরমদা খঙবা করি করি লৈ?

পেশমন— মহাক শের আফগানদা লুহোংপ্রেদনা।

মোতি বিবি— মতুদি ঐস্নু খঙই। মহাক লুহোংদ্রিঙৈগী মমাঙদা মাগী মপা কোষাধ্যক্ষনা নোংমা যুবরাজ সেলিমনচিংবা অতৈ অঙম্ব-শিংবু বার্ত্তোন তৌত্নুনা চাক কৌথি। মুমিৎ অত্নুদগী শেনশাহাগা ঐগা লৈনবা মরী নোংমা নোংমগী থাক হুম্বরকলি। মসিনা ঐগী তুংগী আশা পুম্বা কাইররগদ্রা হাঙৈনা চিংনদবা ঙমদে।

পেশমন— যুবরাজ অমা ওইত্নুনস্নু লুহোংপ্রবা মুপীবু?

মোতি বিবি— পেশমন! মতুদি নঙস্নু খঙপ্রবনি শের আফগানগা মেহের-উন্নিসাগা থমপ্রিবা মরীত্নু ককথৎপীয়ু হাঙৈনা যুবরাজ সেলিমনা আকবর বাদশাহাদা কয়ারক হন্না হায়জখি; অত্নুবু মীচং মীখাই নাইদ্রবা আলমগিরনা তাবীদত্নুনা শের আফগান্দা মেহের উন্নিসা লুহোংখিবা নত্রা? মত্নুগীদমক্তা নত্রা বাদশাহাগী মথক্তা যুবরাজনা অনিরক হন্না লান্দাখিবা?

পেশমন— মানী?

মোতি বিবি— হৌজিক বাদশাহা নোংম নোংমগী শোম্বরক্লি, বাদ-শাহানা হেক থুপখিবগা শের আফগান্না মথবাই লিশিং লিশিং শুরবস্নু হিংকম লৈতে। মতম অত্নুদা বাদশাহা ওইরগদবা সেলিমগী

বেগম, মেহের উন্নিসানা ওইখিবদি শোইত্রবনী।

পেশমন— এ-আল্লা! বিবিজান্না দিলিশ্বরি ওইদ্রবদি ননাইগী নিঙজবসিদি কাঈবা তারবা?

মোতি বিবি— অতুনা মসি থোক্তনবা শিলহৌদবা য়াদে হাঈবনী।

পেশমন— মরম করি কমদৌনা?

মোতি বিবি— প্রধান মহিষীদা মচা ইবুংঙো খশ্রুবু দিলিগী সিংহাসন ফংহনসি হঙ্গংপা তাই।

পেশমন— সেনশাহানা বাদশাহা ওইরবদি বেগম ওইগদৌরিবতুদা?

মোতি বিবি— (নোক্তুনা) রানী অমা ওইবদগী নিংথৌ পোকপী অমা ওইবনা হেন্না মুংঙাই, অতুগা মানা বেগম ওইবা ওইদবা মরাঈবক্তা লৈরিবনী। বেগম ওইদবা তারবদি রাজপুত মানসিংহগী মচন মুপীনবু তুর্কী নিঙোন অমগী য়াথং ইন্দুনা লৈয়ু হাঈবসি হরাও হরাও য়ানিঙক্ম থোক্তে।

পেশমন— মতুদি চুম্মী, পাঙথোক্লবা পাম্বেদি?

মোতি বিবি— ঐনা ঙমলোইদবা করি লৈ? অহানবদা মেহের-উন্নিসা উন্নথিবা তাই।

পেশমন— করম্বা মতমদা?

মোতি বিবি— হয়েংমক বর্দ্ধমান য়োনবা চৎকনী। (২বা মীনাই চঙলকই) য়োক্লরবরা? করি হাঈরকই?

২বা মীনাই— (সেলাম তৌই) য়োজরুরে, থবক অতু য়ান্না চেক-শিন্না হোৎনৌ হাঈরকই।

মোতি বিবি— পেশমন! পাম্বে লৈরেহাঈ। (থুগাপ্পী কাপ্পী) চৎসি লাউ।

**Light Off.**

## ৭-শুবা উৎপা

মকম— শের আফগানগী য়ুম। মতম— অয়ুক।

মী— শের আফগান, ৫-শুবা মীনাই, মেহের-উন্নিসা, মোতি বিবি। (শের আফগান বাখন মুংঙাইতনা কোইচৎ চত্তুনা লৈরম্মী, ৬-বা মীনাই চিঠি অমা পুরক্তুনা পী, সেলাম তৌরগা থোকখি। চিঠি পাই, বাকমছু খঙজিল্লগা শাউনা)

শের আফগান— বঙ্গদেশ শীনবা থুংনা ঐগী ঈবাতা ঙাঙনল্লে। মসি পূম্নমকসি ঐনা মশক ফজবী মুপীবু পামজরুবা অমদি মশাগী কান্নবতা য়েংবা আব্দুল ফত্তলগী মরা থাক্তরুবদগীনী। হৌজিক মতুগী ফলনা ঐবু মাঙননবা হোৎনবা ফত্রবা ওমরাহগী সেনানা মাইকৈ থুদিং কোঙ্গশিল্লকলি। হাঃ হাঃ কৈ, শিরগদবা শের আফগান্না কয়াগী মতীক তৌবা ঙমলমবগে হাঙ্গবছু মীপুম থুদিংদা খঙহললমগে। (ঈমুংলোমদা য়েংছনা) নথোঙ্গ কনা লৈ? ঐগী থাঙছু পুরকউ। (মীনাই থাঙ পুরক্তুনা পী, চঙখি; শের আফগান থাঙ য়ানশিল্লি, মেহের-উন্নিসা থোরক্লগা থরা কোইরপ্পা)

মেহের-উন্নিসা— হৌজিক লেঙবীগদৌরিবা অসিনা?

শের আফগান— ঐ আগ্রাদা চৎপা তারি।

মেহের-উন্নিসা— অসুক থুনা— করিগীদমক্তনো?

শের আফগান— বাদশাহাগী ওমরাহানা কৌরি।

মেহের-উন্নিসা— মরমদি খঙজবা য়ারোইত্রা ?

শের আফগান— অশেংবা হাঙবদি ঙমদে, অদুবু নিংথৌগী লৈকোন-দতা শাংকদবা লৈরাং পাম্বী অমা মীচম শের আফগান্না ফুক্রুনা মাগীদা থারুবগীদমক ওইরম্বা য়াই খল্লি।

মেহের-উন্নিসা— মদুদা চিংনবা লৈবিরবদি লেঙবীখিদবনা ফগনী।

শের আফগান— শিবদা তারবা ঐহাক্লা, নোম নোংমগী খরা খরতা লেন্দুন' হাংপা মীহাংপগী মথুক্তা শিগদবগী শকক্তি মাঙ-য়োক্লবা লানফমদা জয়-পবাজয় য়েংথোক্লরগনী, মাঙথিব' তারবদি ঙশুক্তা পাঙরিবা থাঙসিনা ঙশা ইথক্নতা থিলহক্তুনা শিজখিগনী। মসিদা মেহের-উন্নিসাগী কবিস্থ অকাঙবা থোক্লোই।

মেহের-উন্নিসা— (খরা শাউনা) তাকপীরিবা বাফম অদুদা ঐগী ইরান্দি ?

শের-আফগান— ইরাল ? মদুগী পাউথুমদি— ভূমদবা মী হোৌদোকপা অরাঙবা থবক নত্তে।

মেহের-উন্নিসা— নখোঙ হামদুনা সেবা তৌজরবা মুমিত্তগী ঐগী লমচত্তা তিংথংবু লৈগুম্না উহনবা লিচত্তি থক চংচখিত্রি, মসি থোদানা শাক্কিনী।

শের আফগান— উম! কনাগুম্বা মপুক শেংদবীশি স্থ অদুম্না বাশকই। মৈ ঙক্লগা সনাগী অশেংবা মচুবুদি খঙই, বাশকপনা মীগী অয়েপ্পা পূক্লিং খঙবদি ওইথোক্তে।

মেহের উন্নিসা— হোঈ, থাজগন্দবা মী অমগী মফমদদি মনিস্থ লিক্লি মচেৎনী খনবা য়াই।

শের আফগান— মনি মশক খঙলবা মীনা লিক্লি মচেৎপুদি মনিনি হাঈনা খক খুল্লরোই, মসি খঙজিল্লু মেহের।

মেহের উন্নিসা— ফরে, ঙাঙনব্রিবা বাফমশিংসিদা ঐ মাঈথীরে; ঐগী পুক্লিংবু পরীক্ষা লৌনবা অতোপ্পা পাম্বৈ অমত্তা লৈত্রবরা?

শের আফগান— পাম্বৈ? মথন কয়া কয়া লৈরম্বা য়াই, করিগী লৈতনী। লুরিবদি— স্পর্স মনিনা শোকলুবা পোৎমখৈ ঙম্না সনা ওল্লি, মশাদি সনা খক শুনবা ঙমদবসিনী। (মেহের উন্নিসা তুমিন্না লৈপ্রে) মেহের! নঙনা নঙগী থম্মোইগী লুরবা কাচিন অমদা থুপ্পুনা থমজরিবা পোৎশকতু ফংননবা, চৎকদবা লম্বীদা, ঐনা লানঙমত্রবা রাংলবা চেকপল অমা ওইহনা থিংলম্বহ লৈররোই অহুগুম্বা চেকপল অদো ঙসিদি মোগলগী মতীক ময়াই লৈরবা বোমতোপ্প কাপথাইহনা নমাঙমক্তদা মচেৎ মচেৎ নিঙখাইরকপা নম্নিংমক্লা উজ্জরগনী। মতম অহুদা নোকউ, য়েংউ মেহের! নম্নিং থীৎনা য়েংউ অহুগা শাগৎলু হরাও জগোই। (থাঙখুমদা থাঙ হাপচিল্লগা শাউনা চৎখি, মেহের য়েংহনা লৈহৌই; মোতি বিবি নাকল অমদগী চঙলকই।)

মোতি বিবি— ঙসিদি ঈনাওগী পুক্লিং ম্নংঙাইবগী চাং অহুপ হম্বনা উবগী মরম করিনো?

মেহের-উন্নিসা— কররম্মা হম্বনা উরবগে? অহুদা নহাক্না হ:য়ং ঐবু

থাদোক্লমহুনা চৎখিগদৌরিবসিদি কয়ম্না কাউসিগেদো? মুমিৎ নিনিদংগা লৈথহুনা ঐবু করিগী পেলহললোইদৌরিবনো?
মোতি বিবি মুংঙাইবা পামদবসিবু কনানো? পন্দুনা লৈবা ঙম্লবদি ঐনা করিগী চৎকনী? ঐদি মীগী মথা পোনবীনি। করম্না কুইনা লৈগনী?
মেহের-উন্নিসা— নহাক্না ঐবু অহুক হাক্না মুংশিদে হাঙবা য়াম্না নিংথিনা থঙলে, মুংশিরদবু নোংমতসু চোম্থনা লৈরম্লগা চৎখিবসু য়াই। লাকপদি য়ারগা লৈবদী করিগী য়াদক্ষম থোকপগে?
মোতি বিবি— ঐনা ঙরাং নঙোন্দা হাঙখিবহুনী— ঐগা পোক-মিন্নবা ঈবুংদো মোগল লাম্গী মন্সবদারনী, মহাক উরিষ্যাগী পাঠানশিংগা শোক্লবা লানফমদা য়াম্না থিনা শোকলমলে। ঐনা অবাবা পাউসি তারহুনা বেগমদগী য়াথং লৌরগা মাবু য়েংবা চৎলু-বনী। উরিষ্যাদসু কুইনা পম্থরক্লে, অহুনা ঐ সিদা কুইনা লৈবা য়াদ্রে। নহাক্না উনখিদবা কুইরে হাঙহুনা মুমিৎ নিনি লৈরম্লিবসিনী।
মেহের-উন্নিসা— বেগমগী মনাক্তা করি মুমিত্তা হল্লকনী হাঙরমহুনা লাক্লিবনো?
মোতি বিবি— থা অহুমগী লম্বীবু মুমিৎ কক্লহুনা হঙৎ-হন্দা চৎপা ঙম্মী হাঙব্রা? য়াম্না কুইনা পম্থরবদি মুংঙাইরোই থনবনী।
মেহের-উন্নিসা— (নোক্লগা) কনানা মুংঙাইরোই হাঙনা পুক্লিংদা চিংনরিবনো?
মোতি বিবি— মহৌশাদগী ঈকাইবা থঙলক্তবী লুৎফ-উন্নিসাব

ঈকাইবা পীনিঙলির্বোইরে।' ঐনা হাঙ্গজবদি মখোঙ্গ অনিমক্না মুং-ঙাইরোই হাঙ্গজবনে।

মেহের-উন্নিসা— ঐনা হংলিবা বাফমদি· অসিনী— নঙনা হৌজিক ফাওবা বেগম হাঙ্গবা মিং অসি নশাদা থোঙ্গ্রিবা করিগীনো? যুবরাজ সেলিমন। নঙবু লুহোংলগা মাগী বেগম ওইহনগনী হাঙ্গনা তাখি। হাঙ্গরিবা থবকসি থোকদবা কয়া বাংলিবগে?

মোতি বিবি— ঐনা মীখা পোনবদি ঈরাঙ্গ লাঙ্গবা থবক্নি, মতুংগী থোইনা লুবা মরম লৈতে। ঐগী ঈনিং ঈখা তম্বা খরদং লৈবসি করিগী মাঙহনগদগে? ঐনা বেগমগী লোঙ্গনবী মুপী অম। ওইনা লৈবনা ঈরাঙ্গ লাঙ্গনা উরিষ্যাদা চৎপা ঙমগ্রিবনী। সেলিমগী বেগম ওইরবদি কদাইদগী উরিষ্যাদা চৎপা ঙমলমগদগে?

মেহের-উন্নিসা— দিল্লীশ্বরগী মহারানী পুম্নমক্কী মকোক ওইগদৌরিবী নহাক্না উরিষ্যাদা চৎলুবগী অশেংবা মরমদি করিনো?

মোতি বিবি— সেলিমগী মহারানী মকোক ওইবদা মতীক চাননবা হোৎনবসি ঐ করিগুম্বদমু তৌথিদ্রি। হিন্দুস্থান হাঙ্গবা লৈবাকসিদদি মেহের-উন্নিসাতনা দিল্লীশ্বরগী মবেম্মা ওইবদা মতীক চাঙ্গ।

মেহের-উন্নিসা— ( ঙাইহাক বাখন তৌরগা ) নঙনা ঐবু অবাবা পীগে হাঙ্গদুনা হাঙ্গরিবা থারা? নত্রগা ঐগী পুক্নিংগী বা খঙগে হাঙ্গদুনা হংলিব্রা, ঐ করিমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। অদুগা ঈনাও নহাক্কী নফমদা ঐনা নিজগদবা বাফমদি ঐহাকসি শের আফগানগী মুপীনী, নহাক্না মদু কাউদুনা·বা ঙাঙবীদবা অসিনী।

মোতি বিবি— ( নোকফেৎ তৌদুনা ) নঙনা নপূরোইববু য়াম্না নিঙই হাঈবসি খঙনা ঐনা তাৎ তৌদুনা বাক্ষম অসি থৌনা ফনা ঙাঙলিবনী। ঐনা হাঈগদবা বাদি যুবরাজ সেলিমনা হৌজিক হেক ফাওবা নহাক্কী ফজরবা শকফমনা মহাকপু শুক্কৎপত্থ কাউদ্রি। মরম অদুনা চেকসিন্না লৈয়ু।

মেহের উন্নিসা— হৌজিক বা পুন্নমক খঙলে। অদুগা পুক্লিংদা চিংনবগী মরমদি করিনো?

মোতি বিবি—লুপ্রা ওইগদ্রা হাঈবগী চিনবনী।

মেহের-উন্নিসা— ( নাপল তৌনা ) লুপ্রা ওইগনী হাঈবগী চিংনবা? ঐগী ইপুরোইবা শের আফগান হাঈবসে মশাবু কনজবা ঙমদবা মী নত্তে, থোইদোকপদি আকবর বাদ শাহান। পানবা লৈবাক্কী মন্থংদা মীগী মথৱাইবু মাঙহল্লবদি বাদশাহাগী মচামকস্থ হিংফম লৈতে।

৩-বা মীনাই— (চঙক্কুনা) বিবিজানগী মিংদা চিঠি অমা। (মোতিদা পী. থোকখি।)

মেহের-উন্নিসা— কদাইদগী কনানা পীরকপা চিঠিনো?

মোতি বিবি— প্রধান মহিষীনা থারকপনী। ( চিঠি পাই. খঙ-প্রেক খংনা ) এ-আল্লা! ( তুমিন্না চিঠি পাখি। )

মেহের-উন্নিসা— কব্রি তৌরবগে? চিঠি মরোল অদু ঐস্থ তাবা য়ারোইদ্রা?

মোতি বিবি— অকাঈবা কৱিস্থ লৈতে, তাও— মোতি! বাদশাহা আকবর আলমগিরনা ঐথোঈ পুন্নমকপু হুন্দোক্লমলগা তেংবানবা

থাদোকলমলে। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না যুবরাজ সেলিমনা জাহাঁগির হাঈবা মিংথোলসি লৌরক্লনা সিংহাসনগী মপু ওইরে। মরমসিনা কোন্নুং মন্নুংগী ওইবা থবক কয়া তৌগদবা কৈরবনা নঙগী উরিষ্যাদা চৎপগী খোঙচৎ অক্লু থুনা লোইশিল্লকলো। নঙগী প্রধান মহিষি।

মেহের উন্নিসা— ( স্বর মপী হোন্দুনা ) সেলিমনা ভারতবর্ষগী সিংহাসন্দা, অক্লগা ঐনা কদাইদা ? ( খঙহৌদনা হাঈদোকখিবা ৱানী, খঙনিঙবা খঙলক্লনা )

মোতি বিবি— নঙনা হৌজিকফাওবা যুবরাজবু থাঙ্গৈ শেংনা কাউবা ঙমদ্রিদনা ?

মেহের-উন্নিসা— ( কপ্পা ) করম্না কাউবা ঙমগদগে ? ঐনা ঐগী থৱাই অসিবু কাউবা য়াই, অক্লম ওইনমক যুবরাজবু কাউবদি ঙম-লোই। ঐগী পুক্নিংগী থোঙ হাংলে। অক্লগা ৱা অসিদি নাকোং অনি শুনা তাদবা হাঈবসে ঐগী ৱাশকনী।

মোতি বিবি— ফৈ, ৱাশক ঙদো থক কাঈৱোই। অক্লগা ঐনা বর্দ্ধমান্দ চৎলুই হাঈবা পাউসি তারবদি, বাদশাহানা নঙগী ৱা ঐঙোন্দা শোঈদনা হংগনী। মতম অক্লদা ঐনা করি থুমউ হাঈবগে ?

মেহের-উন্নিসা— (ঙহাক থল্লগা ) অস্নুম্না হাঈবীয়ু— মেহের উন্নিসানা থম্মোইদা ইবুংঙোবু নিঙজগনী, কাম্নগদবা লৈরবদি ইবুংঙো নঙগী মফমদা থৱাইফাওবা কৎথোকনী। অক্লগা করিগুম্বা মতমদা

১শাগী জাংকী ঈকাই থুম্নবদি কংথোকলোই। ঈপুরোইবা হিংহ্নুনা ৈলরিভৈদা দিল্লিশ্বরদা ঐগী ঈমাই উহল্লোই, অদুগা দিল্লিশ্বরনা ঈপুরোইববু হাংলবদি মপোকসিমগী তিম্নরোই। ( অসি হাঈরম্নগা মপী তৈথোক তৈথোক্না চঙথি; মোতি বিবি য়েংই, ঙহাক থল্লগা )
মোতি বিবি— হাঃ-হাঃ-হাঃ ম্নুপীগী নাপলনা হাঈগে হাঈবমথৈ হাঈজসম্নু. লম্বীবু ফাংলবদি ম্নুপীগী মচং থিংবা ঙমলোই। হাঃ-হাঃ৮

**Light Off.**

# ৮-শুবা উৎপা

মফম— বাদশাহাগী কোল্লং মন্নুংগী কা অমা।

মতম — ফুমিদাং।

মী— সেলিম; মীনাই ১-বা, মোতি বিবি, পুং য়েবা, ঈশৈ শকপা। ( পুং য়েবা ঈশৈ শকপনা ঈশৈ হৌগ-দবগী থৌয়াং তৌই, সেলিম ফমুংদা ভাহুনা বাখন তৌহুনা লৈ, ১-বা মীনাই চিঠি পুহুনা চঙলকই।)

১-বা মীনাই · জহাঁপনাকী জয়হো! (সেলাম তৌই।)

সেলিম— কদাই পুরকউ আউ। ( চিঠি পী, সেলাম তৌন তৌন থোকখি, চিঠি পাবা লোইরগা) গায়ক! নখোঈ পুম্মক চৎখিবা য়ারগনী। ( মোতি বিবি চঙকঅগা সেলাম তৌরগা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ।) বিবি! কদাই হয়াও মাঈথোঙগী মহুত্তা ফুংনাঙনবা শক্তম! করি তৌরবগে? হাঈয়ু নঙগী উরিস্যাগী খোঙচৎতা বর্দ্ধমানদম্ চৎলুই হাঈনা তাই। মফম অদুগী পাউ তমলো, অদুগা মদিয়াসিদম্ থয়দং পীথকউদনা। ( মোতি বিবি হৈনিংদনা চঙহনা য়ু হৈ, পী, থকই; ভহাক লৈবগা)

মোতি বিবি — জহাঁপন' ননাই অদুনা হাউজরকই.— মহাকী থম্মোইদা বাদশাহাতবু নিঙজরি, কাম্লগদবা লৈরবা মহাক্কী মথবাই ফাওবা জহাঁপনাদা কৎথোকনি। অদুগা করিগুম্বা মতমদম্ মশাগী

জাংকী ঈকাই থুম্নবদি কখোকলোই, অসিনী। (সেলিম তুমিন্না লৈখি) জহাঁপনা! ননাই নুপী ঐনা অকবা পাউ পুজরকপগীদমক হৌজিকফাওবা মনাগীদমক করিগুম্বা সনা য়াথং অমত্তসু ননাই ঐঙোন্দা তাকপীত্রি।

সেলিম— (নেশা খরা লাকলে) হাঃ-হাঃ-হাঃ বিবি! নহাক্কী পুক্নিংগী অপাম্বা অসি মপান নাইদেদা।

মোতি বিবি— ননাইনা করম্বা থৌগলোন অমা কাউব্রবগে?

সেলিম— দিল্লিগী বাদশাহাবু নহাক্কী ননাই ওইহল্লবসিমক্তদা মনা অমুকস্ব নিবি.?

মোতি বিবি— নুপীগী অপাম্বা পোৎলমসি য়ামব্রে।

সেলিম— নিনিংবদু চিংনদনা হাউয়ু।

মোতি বিবি ননাই ঐনা হঙ্গৎচগদৌরিবা ঘা অসি য়াবীগনী হাউদুনা সনা য়াথং হান্না তাকপীখো।

সেলিম— লৈবাক ঙাকপগী মরমদা করিগুম্বা অকাঈবা থোক্লোই-দবা লৈরবদি ঐ শোঈদনা নহাক্কী ঘঃ পুম্নমক য়াগনী বিবি।

মোতি বিবি— (নোক্ন নোক্ন) ননাই হুবিনা হঙ্গৎচগদৌরিবা ঘাফমসিদা দিল্লিশ্বরগী 'রাজকাজদা' করিসু অকাঈবা থোক্লোই।

সেলিম— ঐ য়ারে, করি নিঙলিবগে হাঈরো তারসি।

মোতি বিবি— (মাই খরা লৈথোক্লগা) মনাই ঐ অমুক্তং লুহোংবসি পাম্মী।

সেলিম— হাঃ-হাঃ-হাঃ অনৌবা অমামুক পাম্বনিদনা? কনাগা অনৌবা মরী থম্নব্রবগে?

মোতি বিবি— প্রেমগী মরী অদুদি থম্মল্লে, সনা য়াথং ঙাইদবনী। বাদশাহাগী সনা য়াথং কোঙদোক্তবদি লেপ্পরিবা প্রনয় সম্বন্ধ অসি থাঙ্গে শেংনা লেপ্পবা য়াদে।

সেলিম— ঐনা য়াবনা করি অমমুক কান্নবা লৈ? কনাবু মুংঙাই-রবা ঈপাক্তা তাওহনগে নিঙলিবনো?

মোতি বিবি— ননাই ঐদি দিল্লিশ্বরগী সেবা ত্তৌই হাঙ্গীদনস্থ পুক্লিং অনি লোঙনা চৎচদে। ননাই ঐনা ঐগী ঈপুরোইবগা লুহোংজগে হাঙ্গীবগী সনা য়াথং নিজরি।

সেলিম— হোই! অদুগা কুইরক্লবা ননাই অসিগী দশাদি করি ওইগনী?

মোতি বিবি— দিল্লীশ্বরী মেহের-উন্নিসাবু দিল্লীশ্বরদা কৎলমলগা ননাই ঐ চৎচখিগনী।

সেলিম— দিল্লীশ্বরী মেহের-উন্নিসা হাঙ্গীবদি?

মোতি বিবি— বেগম ওইগদৌরিবী মরাঙ্গীবক ফবী মহাক অদে। (সেলিম তুমিন্না লৈ) ননাইনা হজ্ঞৎচবা বাফমসিদা সনা পুক্লিংদা?

সেলিম— বিব! ঐ য়ানিঙদে। নপুরোইবগা অমুক হন্না লুহোং-বগী করি অমুক কান্নবা লৈরিবগে?

মোতি বিবি— লাইবক থীবদগী অহানবা লুহোংবদা ঈপুরোইবনা ঐবু মহাকী মুপীনী হাঙ্গীহুনা লৌবীখিদ্রে। হৌজিকপু ঙৰ্হাঁপনানা ননাই ঐবু থাদোকপীবা য়ারোইদ্রা?

সেলিম— হাঃ-হাঃ বিবি! নঙোন্দা ঐনা পীবদা য়াদবা করিগুম্বা

পোং অমত্তা লৈতে। নঙনবু মত্থ তৌগে হাঙ্গনা নিঙলবদি. নঙনা নিঙলিবত্থ থুংনবা তৌ। অত্থুগা ঐবু থাদোক্ত্রুনা চৎকদৌরিবা অসিগী মরমদি করিনো? অতিয়া অমত্তদা মুমিৎ-থা অনিমক লৈতেংত্রা? লৈথোক অমত্তদা লৈ অনি শাত্তবরা?

মোতি বিবি— (শাউনা) জহাঁপনা! অপীক অপীকপা লৈ মচাদি শাৎলী. অত্থুগা লৈথোক অমত্তদা থম্বাল অনিদি শাত্তে। ননাই ঐনা ইবু ভোগী রত্নসিংহাসনগী মথাদা করিগী তিংথং ওইত্থনা লৈগদগে?

সেলিম— বি-বি! (য়ু ভাওরে, মোতি বিবিবু কোনগে তৌই।)

মোতি বিবি— জহাঁপনা। খোদাহাপিজ! (সেলাম তৌনা তৌনা থোকখি, সেলিম য়ু ভাওনা নিঙমদনা য়েংত্থনা লৈহৌই।)

**Light Off.**

**INTERVAL.**

# অনিশুবা শরুক

## ৯-শুবা উৎপা

মফম— রাজপথ ( লম্বী )। মতম— অয়ুক।

মী— অহল, নহা। (মখোঙ্গী অনি বারী শান্নুনা লাকই)

অহল— ইবুংঙো! সরক অচৌবা ময়াদা য়ুম অমা শারিবত্থু ফজ-শ্রেদা। মত্থু উরুবে হাঙ্গীরগা লম মতেক খরসি মমাঙঙৈগী সপ্তগ্রাম সহরনা ফজরম্বত্থু নিংশি ঙকইদ।

নহা— খুরা! ঐখোঙ্গী সহর মচাসিদবু অসিগুম্বা ফুরা-দলাল লৈরম্বরনে?

অহল— হাঃ-হাঃ ইবুংঙো! তম্মুদনবু নখোঙ্গীনা খাজররোই, মতম অমদা ঐখোঙ্গী সপ্তগ্রাম হাঙ্গীবা সহর মচা অসিদা, যবদ্বীপ্গী রোমক ফাওবগী মশ্নুংদা লৈবা লৈবাক পুন্নমক্কী ললোনবা মীশিংনা লল্লোন-ঈতিক্কী থবক তৌননবগীদমক তিনফম ওইরমলিবনী। সরক্কী নাক-য়েত্তা ফুরা-দলানতনা ঙৌরমলিবনী। পুন্নমক অদো বঙ্গগী তরামাথোই শুবা শতাব্দীদগী ময়েং তাখি।

নহা— মরমদি করিদগীনো?

অহল— অথোইবা মরমদি অসিনী— সহরগী মতাই ওইনা লৈরিবা লমদম অসিবু চামত্থুনা চেনশ্রিবা তুরেল অসিনা মতম অত্থুদা ময়াং

কংশিল্লকপনা, অচৌ অচৌবা জহাজশিংনা সহর য়ৌমা হোঙ্গিল্লকপা য়াখিরমদে। অতুগী মতুংদা হুগলিনা খুদোংচাবা মফম ওইখিতুনা পর্তুগীজশিংনা ললোন-ঈতিক নিঙথিনা তৌখিবদগী সপ্তগ্রামগী চাওখৎপা শকফম অতু নোংম নোংমগী মমী শামলকখি।

নহা— ও! খুরানা তাকপীরিবসি খঙবদা য়াম্না কাম্নবা বানিনা।

অহল— মানি মানি, অতু ইবুংঙো! য়ুমসিবু কনাগীনো, মহাকসিবু মফম কদাইদগী লাকপনো?

নহা— জহাঁগির বাদশাহাগী কোন্নুং মন্নুংদা থেক্ক-হাইনা লৈরম্বী অমনি। মাগী নিঙবা অমা কাঙ্গখিবদগী মফমসিদা লাকখিবনী হাঙ্গনৈ।

অহল - হাঙ্গরিসিবু মুপীরনে?

নহা— হোই মুপীনে।

অহল— ও! মুপী ওইরেকো, মাগী নিঙবা কাঙ্গরিবনা করিনগীনে?

নহা— মতু খঙলুবগী করিবু কাম্নগবনো খুরা।

অহল— হোই মতু খঙদবদি য়াই, অতুগা ইবুংঙো! নখোঙ্গ নহা য়োলনা অসুম্না লম খোপচিল্লকপশিং অসি থিংনব হোৎনগদবনী। ঐখোঙ্গনা চীংয়া তময়াদা লৌ-ইংখোল থরদং কোইবা নিনবদি অতুগা অদাগা ঐখোঙ্গ ঈশেল পঙফুদা ফুনতুনা বেরা হেক্তা থোক্লে। অনৌ অনৌবা লাকপা মীনা সহর ময়াইমক্তদা লম খোপচিল্লকপা থিংহৌজবদি, মমৈথংদা ঐখোঙ্গ, লৌ মপু য়োংনা তানবা হাঙ্গবদো শোঙ্গদনা থোক্লমগদবনী।

নহা— করিদৌন্নি খুরা ? লৈপাক লৈঙাকলোন চুমদবা নিংথৌগী রায়েন মথাদা লৈবা প্রজানা শান্তি ওইনা হিংবা হাঙ্গীবত্বুদি ওইররোই।
অহল— নত্তেনে ইবুংঙো ! ঐখোঙ্গী লৈবাকী নিংথৌসিবু মুপীনা ওইরবরনে ? চৎনরিবা শেলদা মুপীগী তসবির অমা উরিবসিবু ?
নহা— খুরাবু ওইদে। আকবর বাদশাহানা থুপপ্পবদা মচা মুপা যুবরাজ সেলিমনা ফম্বান মিং জহাঁগীর হাঙ্গনা কৌহুনা হিন্দুস্থানগী মপু ওইগ্রেদনা। খুরানা চৎনরিবা শেলদা থেংনবিরিবা তসবির অহুনা বাদশাহাগী বেগমনি। মহাকী রারীদি ঐনা থরদং হাঙ্গবদা খুরানা হেন্না খঙবীরগনী। বঙ্গদেশ সুবেদারগী মথাদা থবক তৌবা শের আফগান্না লৌবা মুপী মেহের-উন্নিসা হাঙ্গবীহুনি। ফত্তবা মীওই থরনা শের আফগান হাৎগ্রেদনা। মপুরোইবা শিরবা তুংদা জাহাঁগীরনা লুহোংহুনা মুরজাহান হাঙ্গবা মিংথোল অসি লৌরগা বেগম ওইগ্রবনী। ওসাই খুরানা মরম খঙবীনিংখিবা, অসিদা অনৌবা য়ুম শাগৎলিবা মুপী অসিসু, কুইনা বাদশাহাগী বেগম ওইগনী হাঙ্গ-হুনা কোম্মুং মম্মুংদা আশাগী মঙ মঙহুনা লৈজরম্বনি। মাগী মমিং লুৎফ-উন্নিসা নত্রগা মোতি বিবিসু কৌই। জাহাঁগীরগা মুরজাহানগা শোঙ্গদনা লুহোংলগনী খঙবা মুমিত্তগী মহাক্না আগ্রা থাদোক্তুনা মফম অসিদা লাকপ্রিবনী।
অহল— ও! ঐখোঙ্গদি মতমসিগী ঈ-পাউ করি অমত্তা খঙগ্রবনী, ফরে ফরে মুংঙাইরে, নঙসু চৎলো খুরাসু চৎলগেকো। (অনিমক চৎথি)

**Light Off.**

# ১০-শুবা উৎপা

মফম— মোতি বিবিগী অনৌবা য়ুম। মতম— ফুংথিল।

মী— মোতি বিবি, ২-বা মীনাই, নবকুমার, পেশমন।

( মোতি বিবি— মথৱাই ফুংঙাইনা হারমনিয়ম খোংছুনা ঈশৈ শকই; মনাক্তা অকে-অমৌগী পোৎশিং লৈ; বঙ্গালিগী ফিজেৎ শেৎলি। )

ঈশৈ—

কৌথিদ্রি নোংমতস্তু নঙগী নমিং
য়েংথিদ্রি অমুক্তস্তু মিৎচানবা মিৎয়েং
মীয়াম উবদা— থেঙলবা অহিং
উই তত্তনা নঙগী মাইথোং
খঙহৌদনা কৌথি নঙগী নমিং।

য়েংই উই উবি 'থৈ য়েংই
কৌই খুমদে খুমদ্রি 'থৈ কৌই—
ঙাওরে নঙগী লম্বীদা লম্মুক্লরে
'বাব বাথল ঈপাক্তা ঈরাক্লরে
হৌথি' পোলোই অনিমক খঙদরে॥

( ঈশৈ লোঈবগা ২-বা মীনাই চঙলকই, সেলাম তৌই )

মোতি বিবি— তাও, ঙসিদগী হৌনা নখোঈনা ঐ অমদি বঙ্গালিগী

মীওই খুদিংমক্তা সেলাম তৌরবোইদবনী; মকমসিগী চৎনবী মতুংইন্না 'নমস্কার' তৌগদবনী— খঙলেদনা ?

২-বা মীনাই— খঙজরনী।

মোতি বিবি— য়ৌরুরবরা ?

২-বা মীনাই— য়োজরুরে, ফাতক ময়াদা।

মোতি বিবি— ও ! চৎলো অত্থুদি চানবা অথুম-অহাও লুনা শেম-শারু। ( মীনাই চঙখ্রে. মশা মতোমতবু চেকশিনজরগা নবকুমারগী লম্বী য়েংত্থুনা তরাম্না ) লেঙশীনবীরকও ! করিগী অত্থক হঙ্গোইনা, অতোপ্পা কনাস্থ লৈবা নত্তেয়ে। ( নবকুমার থরা হঙ্গোইনা কোইয়েং য়েংই ) ফিদা অশোমদা হেক্তা লেঙশিনবীয়ু। ( নবকুমার ফম্মী, মোতি বিবিস্থ চেকয়াননা ফম্মী' ভাইহাক তুমিন লৈ। )

নবকুমার— ঐ নঙগী অসিদা মতম শাংনা লৈনিংদে, ঐঙোন্দা হাঙ্গৈগদবা বাদো হাঙ্গৈরো। ( ২-বা মীনাই চান-থক্কবা পুথোরকই, মোতি নোকমি নোকমি তৌত্থুনা চা হৈত্থুনা লানশিল্লি। )

মোতি বিবি— করিগী তহা তহা হেক্তা লেঙবীগদৌরবিনো ? চা অসিফাওবা ফানবীররোই হাঙ্গৈব্রো ? ( চা লৌনিংদনা লৌই। )

নবকুমার— হাঙ্গৈনিঙলিবত্থু হাঙ্গৈরো, ঐগী অতোপ্পা থবকস্থ লৈরি। ( ভাইহাক কোইনা চত্তুনা বাখল খল্লগা নবকুমারগী তুংওইননা লেপ্পগা )

মোতি বিবি— ঐগী অনৌবা য়ুম অসি— থম্মোইগা লোইননা ইবুংঙোদা কৎচগে হাঙ্গৈত্থুনা।

নবকুমার— অদুরা? অদু ওইরবদি ঐ চৎলগে। করিগুম্বদা নও ঐবু অমুক কৌররগনু। ( চৎকে তৌই )

মোতি বিবি— অমুক্তা ভাইবিথোও, ঐনা হাঙ্গজগদবা বা লোইদ্রি।

নবকুমার— অতৈ করি বা অমা হাঙ্গগদবা লৈরিবগে? ( মোতি করিস্নু খুমদনা লৈ, হিক-হিক কপলকলে, মতু উবদা নবকুমার চৎকে তৌই, মোতিনা ফিজি পাঙ্গদুন থাম্মী ) নঙনা হাঙ্গগদবদু হাঙ্গরো।

মোতি বিবি— ইবুঙো। পৃথিবীশিদা ঈবুংঙোনা পাম্ব পোৎ করি-মত্তা লৈত্রবরা? করি পাম্বীবগে? লল-থুম, ঈকাই খুম্নবা, মুংশি মুংওন ফাগি জুগাই অসিনচিংবা পৃথিবীসিদা লৈরিবা পুম্নমক ঐনা ঈবুংঙোদা কৎচগনী, মখোঙ্গ অসিগীদমক ঐনা ঈবুংঙোদগী করি-গুম্বা পোৎ অমত্তসু নিজরোই, নঙগী মুপী ওইদুনা ঈকাই-খুম্নবা ফংনবগীদমকসু নিজরোই; নঙগী মীনাইমুবী অমা ওইনা লৈজবা অসিদংদি নিজগে।

নবকুমার— ঐদি লাইরবা ব্রাহ্মননী, হন্দককী মপোক অসিমা ব্রাহ্মন ওইদুনা অস্নমক লৈজগে। নহাক্কী লল-থুম লৌদুনা যবোন মুপীগী মকম্বী ওইদুনা লৈবা ঙমলোই। ( মোতি বিবি মমাই লুক-থদুনা লে, নবকুমার মোতিগী খুত্তগী ফীজি লৌথোকই। )

মোতি বিবি— ফরে, নিঙবিরিবদু ওইসনু। বিগিনা মতুমক ওইহন-নিঙলবদি পুক্নিংগী পাঙ্গল পুম্নমক লৈথা ফংদ্রবা ঈরোম্নুংদা লুপহন-ব্রগে, অতৈ করিস্নু ঐনা পামজবা অমা লৈতে। অরোইবা ওইনা মসিমতংদি নিজগে,— লখী অসিদা নোংমগী মন্নুংদা অমুক্তদি চৎপীয়ু,

ননাই মুবীনি খন্দুনা অমুক অমুক্তংদি শকফমত্থু উহনবীয়ু। মিং-সিদদি পেনজগে।

নবকুমার— নঙদি যবোন নিঙোম্নী, অত্থগীস্থু মথক্তা মীগী মুপীনী; নঙ ঐ অমুক উননবা লম্বী শেম্নগনু। (মোতি ওহাক রাখল তৌই)

মোতি বিবি— ফরে, লেঙবীয়ো। (নবকুমার খোঙফম ১/২ চৎপা হৌই, মোতি বিবি খোন নিক্লা কপ্তুনা উপ্রাক্ক হাইথরক্তুনা নবকুমারগী মখোঙ কোল্লগা) মুংশি হৈত্রবা! ঐনা নঙগী মরমগীদমক আগ্রাগী সিংহাসন থাদোক্তুনা লাক্লিবনী, নঙনা ঐবু থাদোকপীগনু।

নবকুমার - নঙ আগ্রাদা হল্লো, ঐগী মরমদা নিঙলিবা রাখন পুম্নমক থাদোক্লো।

মোতি বিবি— (থুনা হৌগত্তুনা) মপোক অসিদদি ওইররোইদবনী, হন্দক্কী মপোক অসিমদি নঙবু ঐনা নিঙজবসি থাদোক্লরোইদবনী। নহাক ঐগী শোঙ্গদনা মওইরগদবনী। (মাঙ্গওক্লনা নাপনগা লোইননা লেপ্তুনা লৈ, নবকুমার মোতিগী মশক মুম্না য়েংই, শকফমত্থু মাগী ওইনা লৈরম্বা মী অমরা হাঙ্গনা চিংনরত্থুনা— )

নবকুমার— নঙ কনানো?

মোতি বিবি— ঐ পদ্মাবতিনী। (মপী লৈথোক্লগা ইমুংদা চঙখি।)

নবকুমার— পদ্মা-বতি !! (রাখন থম্না তপ্ন খোকখি।)

মোতি বিবি— (খোরক্তুনা নবকুমারনা চৎখিবা য়াম্না থাপথ্রবফাওবা য়েংই, হঞ্জিল্লক্তুনা) পেশমন। কদাইদা অমুক চৎথ্রবনো, পেশমন!

পেশমন— (ঈমুংদগী) বিবিজান!

মোতি বিবি— লাউ থোরকউ। (থোরকই)

পেশমন— করি ওইরবনো?

মোতি বিবি— (মানা শিরিবা লিক-কোল লৌথোক্লগা) সে, লিক-কোল পুম্নমক অসি নঙ লৌজয়ো।

পেশমন— (ঙক্লা) করিনো ঈবেম্মা তৌবীরিসিবু?

মোতি বিবি নঙ অসি ঐগী পুন্সিগী অবা মুংঙাই মতম খুদিং-মক্তা শরুক য়ামিন্নরক্লবীনি, নঙোন্দা পীবদা ঐগী অপেনবা লৈতে)

পেশমন— (হরাওনা) আগ্রারোমগী পাউবু?

মোতি বিবি— য়াম্না ফগ্রবা পাউ লাকলে।

পেশমন— মতুদি খঙজরে, মেহের-উন্নিসাগী মরমদগী পোক্লিবা চিংনবতুবু কোক্লব্রা?

মোতি বিবি— কোকলে, হৌজিক্তি মতুগী মরমদা করিমত্তা খনফম লৈত্রে।

পেশমন— (য়াম্না হরাওনা) অতুদি হৌজিক ননাই ঐসি বেগমগী মনাইম্নুবী ওইরেদো?

মোতি বিবি— নঙনা বেগমগী মনাইম্নুবী ওইনিলঙবদি ঐনা মেহের-উন্নিসাদা হাঙৈবীথিগনী।

পেশমন— (থংগুক শুকথতুনা) তাকপীরিবতুদি করিনো? মেহের-উন্নিসানা বাদশাহাগী বেগম থক ওইবা য়ারোই হাঙৈনা ঐঙোন্দা হাঙৈবীথি।

মোতি বিবি— ঐ মতুমক্তি হাঙৈথিদে। ঐনা অতুক হাঙৈথিবদি পুক্লিংদা থাজদে হাঙৈবনী।

পেশমন— নত্তে, ঈবেম্মনা আগ্রাগী মবেম্মা ওইত্রবদি পূন্নমক অরেম্বনী।

মোতিবিবি— ঐদি আগ্রাগা করিগুম্বা মন্নী অমত্তা থন্নরোই।

পেশমঃ— করিগিদমক থমলোইদোরিবনো? তাকপীরিবহু করিমত্তা ভাব তাবা ঙমত্রে।— ঙসিগী হুংঙাইবা পাউ হাইবহুনা করিনো?

মোতিবিবি— হুংঙাইবা পাউ হাঈববু, পুন্সিসিমগী ঐ আগ্রাদা চৎলরোই অসিনী!

পেশমন— সিদা অস্নুমক লৈরগদবা?

মোতিবিবি— মান্নি, ঙন্নবদি কনাগুম্বা অচৌ-অশাং অমগী য়ুমগী মুপী ওইগনী।

পেশমন— ননাই ঐঙোন্দা অস্নুম করেম্নবসি হন্দক্কী অসিনা অহানবনী। অহুগা রাসি তারগা পুক্লিংসি তনিক তনিকই!

মোতিবিবি— করেম্নবা নত্তে পেশমন! ঐ মুপশোই হেক শোইদনা আগ্রাদা হন্নরোইদবনী। বাদশাহদগী য়াথংসু লৌরক্রবনী।

পেশমন— অহুগুম্বা ফত্তবা পুকচেলহু করি মরমদগী পোক্লকলিবনো?

মোতিবিবি— ফত্তবা পুকচেল নত্তে।— মতম কুইনা আগ্রাদা কোইহুনা লৈরক্লে, মহুদা করম্বা অফবা মহৈ অমা ঐনা ফংগ্রবগে? অঙাং ঙইরিঙৈদগী হৌনা ঐদি হুংঙাইবসি য়াম্না পাম্মী। হুংঙাইবহু ফংনবগীদমক্তা বঙ্গদেশ থাদোক্লুনা আগ্রা তান্না লাকপ্রিবনী। হুংঙাইবা ফংনবগীদমক্তা ঐনা করম্বা ফত্তবা থবক তৌদবা লৈগ্রবগে? অহুবু ঙসি কাওবদা ঐহাকসে নোংমতসু হুংঙাইবা

ফংখিত্রি, মিক্তুপ অমম্ভম্ভ মুংঙাইরা শক্লক ফংত্রি হায়বসে থঙ্কয়ে।
ঐহাক অসি করিগুম্বদম্ভ পেনবা ফংখিত্রি, খৌরাংবতা মহেল্লি।
ঐনা হোংনরবদি লল-থুম, ঈত্নিক, ইগুণ য়াম্নম্ভ ফংবা ভমথিগ্রনী,
অদুবু অদু পুম্নমক অদুনা ঐঙোন্দা করি কায়গনী? পেশমন!
ঐনা ঐগী পুক্লিংগী বাম্নিবশিংসি লীদুনা হৌজিক মতম মাঙহনবিংয়ে,
করিগুম্বা মতম অমদা লীরগে।

পেশমন— ঈবেম্মনা হাঙ্গৈরিবা পুম্নমক অসিগী অর্থ ঐ করিঅমত্তা
খঙবা ভমত্রে। অদুগা লল-থুম্নচিংবা অম্মপ য়াম্না ফংলবদা করি-
গিদমক মুংঙাইত্রিবনো?

মোত্তিবিবি— করিগীদমক মু ঙাইত্রিবনো হাঙ্গৈবদু খঙবা কুইরে। চহী
অছুম কোন্নুংদা য়ৈখাই-থিনগাই লৈতনা লৈবদা মুংঙাইতবা চাং
অদুপ, অদুডৈ উরিব্যাদগী হল্লকপদা মুংঙাইগ্রে। মদুদা হেকমক
থঙলে।

পেশমন— থঙলিবদুদি করিনো?

মোত্তিবিবি— মতম অম্মক কুইবসি ঐনা হিন্দুশিংগী লাইগী মূর্ত্তি-
গুম্না লৈরম্মী। মপান্দা সনা মচু, রত্নচিংবনা লৈতেংই মন্নুংদা
মুঙনি! ইন্দ্রি মুংঙাইনবগীদমক্তা ঐনা মীরৈবাক্তা কোঙ্গক্লয়ে, ঐ
কৈদৌঙৈদম্ভ মৈ শোক্লদে। হৌজিক্তি মুঙ মন্নুংদা, ঈ চেনবা শিংলি
য়াওবা থম্মোই ফংবরা অমুক্তং য়েংগে।

পেশমন— মদুগী অর্থনা হেন্না ঙক্না থোকলে।

মোত্তিবিবি— ঐনা আগ্রাদা করম্বা মতমদা কনাদা প্রনয়-প্রেম-
থম্লব্রগে?

পেশমন— কনাদসু থম্মখিদে।

মোতিবিবি— অদু ওইরবদি মুঙগুম্বা পুকচেল চেনবী মুপী অমা নত্রিবরা ঐ অসে ?

পেশমন— মীদু লৈরবদি হৌজিক ফাওবা মহাকতুদা প্রেম থম্মী-দবা করিগীনো ?

মোতিবিবি— হোঙ্গ, তৌরগে নিঙলে, অদুনা আগ্রাদা হল্লমোই হাঙ্গম্বিবসিনী।

পেশমম— মদুনা করি কাম্বগনি ? হৌন-চৎনবী থঙদবা বঙ্গদেশ অসিদা ? দিল্লীশ্বর বাদশাহদগী হেনবা পৃথিবীদা কনা অমা লৈ-রিরগে ?

মোতিবিবি— আতিয়াদা মুমিৎ-থা লৈনমক নোংনা পৃথিবীদা তা-রক্লিবা করিগীনো ?

পেশমন— করিগীনো থঙজদে।

মোতিবিবি— লাইবক্তা তমশ্রবা। চৎলু ঐগী নীপাম্মী ফিজেত পুরকউ। ( থোকখি )

পেশমন— ( ভহাক থল্লগা ) মুঙগী মসুংদা মৈ চঙলম্মী, হা-হা-হা মুঙ মহী চেল্লম্মী।

**Light Off**

# ১১শুবা উৎপা

মফম— নবকুমারগী য়ুমগী মাঙ্গোল। মতম- সুমিদাং।

মী:— নবকুমার, কপালকুণ্ডলা ( নবকুমার ৱাখল তৌনা লাকই )

নবকুমার— শ্যামা!— শ্যামসুন্দরি! কদাইদা চৎপ্রবনো?

কপালকুণ্ডলা— ( মশমংমনা থাদোকতুনা কি কোমতল্লা চঙক্ন্না ) করি ওইরবনো?

নবকুমার— ( মুন্না য়েংলগা ) ঙসিসু নঙ শ্যামাগা লোইননা চৎ-ন্নুরিব্রা?

কপালকুণ্ডলা— চত্তে, মহাক তুম্নরিগনী?

নবকুমার— য়ুম পাল্লবী নুপীনা অহিংদা মতোমতা কোঙ্গনা চৎপা হৌমদে হাঙ্গবসি কয়ারক হাঙ্গনখিগদগে?

কপালকুণ্ডলা— মত্নুদা করম্বা অমাঙবা লৈবগে?— ঐনা অহিংদা হেক থোক্লগা ঐসি লমচৎ ফজদবী নুপী অমা ওইগনী হাঙ্গনা ইবুংঙোসু পূক্নিংদা খনবীবরা?

নবকুমার— ঐনা খনবা খন্দবগী ৱাদি লাই, সমাজ অসিগী মী-শিংনদি খন্দবা ঙমলোই।

কপালকুণ্ডলা— খঙসনু, ঐ করিসু ফত্তবা ওইরোই।

নবকুমার— ( শাউনা ) মহৌশানা লমগী শাগুম কোঙ্গনা চত্তুনা লৈরকই হাঙ্গবা ঐবুদি খঙই, কনাগুম্বা মীনা নঙবু ফত্তবা বা হাঙ্গরগা ঐ তাবা ঙমদে।

কপাল কুণ্ডলা— মরম চুমদনা পুম্নিংদা থাবদি তৌবিরুগনু। ঐ য়ুম পাল্লবা মুপীনি খঙনা ঐগী তেংগদবা থবক পুম্নমক তৌজরি অমস্তুং তৌজগনী। ঐনা হৌজিক চংচরুবিবসিসু মুপী অমা ওইনা তৌদবা য়াদবা থবক খরা পাঙথোকচরুবনী।

নবকুমার— ঙাঙথোরকপদি পতিব্রতা ওইবী সত্রিগী থাঙাং, ফিজেং-চাকচাদি— হুম।

কপাল কুণ্ডলা— পুম্নমকসি ফোঙদোকফদ্রবা হৌরম অমনা থিংথ্রে; মাসদা পুক্নি সুংঙাইত্রবদি ঐনা করি তৌগনী? মুপীনা লুহোংবসি মীনাই ওইবনী হঙনমবদি ঐনা কেদৌঙৈদসু লুহোংবা জরমলোইদবনী।

নবকুমার— মীনাই ওইবনী খঙলবা নহাক্না মপু তাক্তুনা তৌরিবা থবকতু করম্বা তুরানবগী থবকনো? হাঙ্গীযু ফোঙদোকফদ্রবা থাহু, মহু হাঙ্গীদ্রবদি ঐনা সমাজ অসদগী নঙবু নমহুনা তাম্থোক্কনী।

কপাল কুণ্ডলা— সমাজগী মহুৎদা মুপা-মুপী অনিগী মরক্তা অমনা অমদা হাঙ্গীদোকফদবা অয়ানবা বা থরমখৈদি লৈনবা ঙাকনী, অহুবু মহু হাঙ্গীদবা য়াদে তাকপীরবনিনা ফরে, তাবীরো— শুরাং নহান শ্যাম সুন্দরিগা চংলুবা অমসু ঙসি ঐনা চংকে তৌরুরমলিবা অসি শ্যামাগী মপুরোইব কানবা হৌদাক থিবা চংলিবনী। নহান চংলুবা অহুদা হৌদাক্তু ফংলক্তে চাংসদি শোঙ্গীদনা ফংলগনী।

নবকুমার— হরি! হরি! ফরে, হীদাক অহু অয়ুক-মুংথিঙা থিবদি য়াদ্রা?

কপাল কুণ্ডলা— অয়ুক-মুংথিন্দা হীদাক অহু হেক্লবদি হীদাক অহুগী মহৈ লৈতে, মরম অহুনা মুমিদাংদা চংপনী।

নবকুমার— অছুম্না হীদাক খিৱৰগীদমক নঙগী কাম্নবা মহৈদি কৰিনো খঙলবৰা? নঙগা বা শাংনা ঙাংনবগী কাম্নবা কৰিস্থ লৈতে। ঐতোম্দা হীদাক অছুগী মমিং ছাঙ্গিয়ু, ঐ হেৎৰপীকপে।

কপাল কুণ্ডলা— হীদাক অছু মশক উরবদি খঙই, মমিংদি খঙদে। অছুগা হীদাক অছুস্থ নীপানা ৰেক্লবদি মহে লৈতে, সুপীনা মশম-মনা ঈৰা-ফানা থাদোক্লগা হেক্কদবনী; অতোপ্পা অমগী ফগদবা থবক তৌজগে নিঙ্জবসি কাঈহনবীগনু।

নবকুমার— (ঙহাক খল্লগা) ফরে চৎলো, ঐস্থ নঙগা লোইননা চৎকে।

কপাল কুণ্ডলা— লাকপিরো, ঐ অসে থাজবা য়াদবী সুপীরা ছাঙ্গি-বহু য়েংবীয়ু। (কপাল কুণ্ডলা চৎখি, নবকুমার হনজানবা বাথন খল্দুনা লৈহৌই।)

**Light Off.**

# ১২-শুবা উৎপা

মফম— উমং। মতম— অহিং।

মী— কপালিক, মোতি বিবি, কপাল কুন্দলা, নবকুমার।
( কপালি মথোঙ শেরু শেরা মোতি বিবিগা বারী শা-
ছুনা লাকই, মোতি ছুপাগী ফিজেৎ শেৎলি।)

কপালিক— ঐদি নিংশিংলে, মসি নঙনা য়ানিংত্রবদি ঐ নঙগী নতেং পাংবা ঙমলোই; অদুগা নঙস্থ ঐগী ঊতেং পাংবিগনু।
মোতি বিবি— ঐহু য়াইকবা পামত্রে, অদুগা পুন্সি চুপ্পা কপাল কুণ্ডলাবু তাস্থোকপদি পাম্মী; মহাকী মথবাই হাৎনবগী থৌরাংদি ঐ তৌরোই কত্তনবগীদমক্তি তৌগনী।
কপালিক— নঙসি করিমত্তা ভাব তাত্রে নপুক্লিংদা থাখন তৌ। ঐ নঙোন্দা লৌশিং খবা তাকপীগে, নপুক্লিং চঙনা তাও। য়াম্না অথুপ্না বারী অমা লীগে (মী কোইয়েং য়েংই) লাউ খা-পোকশং মমুংদা চঙসি। (মোতি বিবি-কপালিক খাংপোকশং মমুংদা চংখি। কপাল কুণ্ডলা ঊনা লালা থরা খিরম্বদগী খাংপোক অমা লৈবা ঊবদা ঙরা য়েংই, মমুংদা মী বারী শাবা কক্লাংদা মনা য়ৈশিন্দুনা তাই, মরক মরক্তা মোংথাং কুপ্পী, মপান্দা মী লৈবগী নাশোন তারছুনা মোতি বিবি থোরকই।)
মোতি বিবি— নঙ কনানো? কুণ্ডলা খঙপ্রেক খঙই, পাউখুম

পীদে।) কপাল কুণ্ডলা! থেঙলবা অহিং অদুইসু মথক্ত শুক্লবা উমংসিদা করিগীদমক লাক্লিবনো? (করিমত্তা খুমদে) নঙ ঐখোঙ্গী অনিনা ভাঙনখিবা রাশিং অদু তাবরা?

কপাল কুণ্ডলা— ঐসু মদু খঙনিংঙলিবনী। উম সিগী মমু্ংদা নখোঙ্গী অনিনা করম্বা ফংঙবা রা তানরিবনো? (মোতি বিবিনা কুণ্ডলাগী শুদাং পাঙ্গত্থুনা মফম অদুদগী খরা চিংথোকই, কুণ্ডলানা মোতিগী মখুং কম্থোক্লবা হোৎনৈ।)

মোতি বিবি— নঙ করিগী চিংনরিবনো? ঐ নিপ নত্তে, মুপীনী চিংনগনু। (কপাল কুণ্ডলানা য়ানিংদবা অমসুং চিংনবা উৎলি) নঙনা ঐবু থাজদ্রবদি য়েংঙু— কপাল কুণ্ডলাগা মায়োক্লনা লেপ্পুনা থবাক্তগী লেংজম অনিদা ফিজি হাইথত্থুন য়াম্থাগ্রবা ফি অদু হাঙ্গ গত্তুনা লুমশিন্দুনা উৎলি, কপাল কুণ্ডলা মুম্না য়েংলগা, রাখন অমদা পুক্লিং লুপখিরম্মী) ঐখোঙ্গীনা ফংঙবা রা তানরগা অদু তানিঙব্রা? রা পুম্নমক অদো নত্তাক্কী মরমদনী।

কপাল কুণ্ডলা— তানিঙই।

মোতি বিবি— অদু ঙইরবদি ঐনা থোরক্ত্রিবফাওবা নঙ মফম অসিদা লৈরম্মু। (খাংপোকশং মমুংদা চঙখি, কুণ্ডলা ভাইহাক রাখন তৌত্থুনা ভাই, চিংনবা পোক্তুনা থুনা চৎখি, মোতি বিবি কপালিক খাংপোক মমুংদগী থোরকই।)

কপালিক— কদাঙ্গী মহাক্তি?

মোতি বিবি— হৌজিক্তা মফম অসিদা— এ! আদ চৎলে।

কপালিক— ঐদি মাবু উবা ফংদে, চৎলু মাবু থেমজুনা মকম অদিদা, খঙলেদনা। ( মোতি বিবি কুণ্ডলানা চৎখিবা মাঙৈকেদা থুনা চৎখি, কপালিক মথা চিক্‌ুনা শাউনা য়েংঙুনা লৈরিভৈদা অতোপ্পা নাকল অমদগী নবকুমার লাকপা উই, নবকুমারনা লাকদনা লম্বীদা থত্তুনা লেপ্পী। )

নবকুমার - নঙ কনানো? ঐগী লম্বী থিংগনু। ( কপাল কুণ্ডলা চৎখিবা মাইকৈদা য়েই। )

কপালিক— তপথখো, ঐসি কনানো হাঙ্গবা খঙত্রবরা? উম— ঐগী ফিভমসিদা খঙদবা য়াই নিঙশিংঙু ঐ কনানো হাঙ্গবহু।

নবকুমার— ( য়েংই, খঙবগুম ত্তোরে। ) কপাল কুণ্ডলানা নঙগা উনবা লাক্লিব্রা?

কপালিক— নত্তে।

নবকুমার - অদুদি লম্বী থাদোকউ।

কপালিক— লম্বী থাদোক্কে, নঙগা ঐগা ভাঙনগদবা বা থরা লৈ; হান্না ঐগী বাসি অদুক তাখো।

নবকুমার— ভাঙনগদবা বাহু খঙলে— ঐবু হাৎপা অসি নত্রা? নঙনা ঐগী থবাই লৌ, হন্দকমুক্তি ঐনা করিবত্তা য়ৈখাঙ্গবা পীর-রোই; নঙ হৌজিক ভাইখো ঐ য়াম্না থুনা হল্লকে। ঐনা লাইগী-দমক্তা ঈশাসি কথোকখিদবগী মহৈ, ঐনা হৌজিক ফংলে। ঐগী থবাই কনখিবী মহাকসিমক্তা ঐ অমদি ঐগী জাতি, ধর্ম্ম, মান মর্য্যাদা, পূম্নমক মাঙহল্লে। কপালিক। হন্দক্তি ঐগী বা থাজদবা তৌগন্নু।

ঐ যৌগিক মন্ত্রকুনা ঐগী ঈশ্বাসি ভব্যানীদু কখেক্লেগে।

কপালিক— তপথখোনে, ঐদি অমুক নঙগী থবাই লৌগে লাকপা নত্তে। ভব্যানীনা নঙগী থবাঈ হুকচাংবু পামত্রে। ঐনা লাক্লিবসিগী মরমদি নহাকপু পামগনী, ঐনা হাঈবা পূন্নমক তাও—।

নবকুমার— ঐ হৌজিক মত্তু তাখীরোই, ঐ থীন্দনা হল্লকে।

কপালিক— অঙাং! ঐনা নপুক্লিংদা নঙনা নিঙলিবা পূন্নমক খঙলে। য়েংউ পাপ চেন্নবীসি মাগী মরুস্বীগা লোইনন অসোমদ লাক্লে, নঙনা য়েংনিঙলিবা পূন্নমক উহনগনী— লাও। (নাকল অমদা মখোঈ লৈশিন্দুনা লোংখি, মোতি বিবি কপাল কুণ্ডলা বারী শাত্নুনা চঙলকই।)

মোতি বিবি— অহানবদা ঐসে কনানো হাঈবদো খঙনখিগে। ঐগী বাসি কদাইফাওবা থাজবা য়াবগে হাঈব নশানা বাখন তৌবা য়াগনী। নহাক্না নপুরোইবগা লোইননা হিজলী প্রদেশতগী লাকপা মতমদা অহিঙদা যবন মুপী অমগা উনখিবত্নু নঙ নিঙশি লত্র ?

কপাল কুণ্ডলা— ঐঙোন্দা ফিজেৎ-লৈতেং পীরম্বা মহাক অত্নুবুর ?

মোতি বিবি— উম, ঐসে মতম অত্নুদা নঙোন্দা ফিজেৎ-লৈতেং পীরম্বা মী অত্নুনী। (কপাল কুণ্ডলা ঙক্না য়েংই।) য়াম্না ঙকখিগদবা মরমত্নু লৈরি। ঐসে নহাক্না লে মবী মুপীনি।

কপাল কুণ্ডলা— হাঈরিবত্নুবু করিনো ?

মোতি বিবি— করিনো হাঈবত্নু ঐ নঙোন্দা নিঙথিমা লৌগে তাও— ঐসে যবন নিঙোন নত্তে, ব্রাহ্মনী অমনী। নপুরোইবগা ঐগা

লুহোংলবা মতুংদা ঐহাক্না ঐবু পোকপা ইমাগা লোইননা উরিবা লাই থুকঙ্গা চৎলুই, মতুংদগী য়ুমলোমদা হল্লকপা অথিবা পাঠান সেনাশিংনা কাহনা ঐখোইবু পাঙল ওলহনখিরনী। ঐখোই পাঙল ওলগে, হাঙ্গনা তাবদগী নপুরোইবনা ঐগী খোঙ্গুল লৌরকখিদবনী।

কপাল কুণ্ডলা— করে, মতু পূমক ওইরসনু করি মরমগীদমক নঙনা অয়োনবা ফিজেৎ শেতুনা ঐগা উন্নবা পামজিবনো?

মোতি বিবি— নপুরোইবগা নঙগা মতম চুপপগী কাইনহনগে থক্লি।

কপাল কুণ্ডলা— (শাউনা) মতৌ করম্না কাইনহনগদৌরিবা?

মোতি বিবি— অহানবদা নপুরোইববু নশাগী সত্তী ধর্মগী মরমদা মপুক্কিংদা চিংনবা পোকহনগনী। হৌজিক মতুংগী বাকয় অহ্ন কায়দা লৈরে। হৌজিক নহাক্না ঐগী পাউজাক মতুংইন্না থবক তৌবা নঙোন্দা ঐনা নিঙলিবা থবকসি মহৈ য়ানবগী অতুপা নঙগী অকবা ওইগনী।

কপাল কুণ্ডলা— যজ্ঞ তৌরিবা মীতুগী মচিন্দগী নহাক্না করাগী মমিং তাথবগে?

মোতি বিবি— নহাকী নমিং তাথি। নহাকী নমিং য়াওনা মবাক্না যজ্ঞ তৌরিবহ্ন অকবা থবকীদমক্তা নত্রগা ফত্তবা থবকীদমক্তা হাইবহ্ন থঙনবগীদমক্তা ঐনা যজ্ঞতু থুকয়গা মাগী মবাক্না ফমবনী। যজ্ঞ অতুম্বিক্তা ঐগীদমক্তদি অকবনী, অতুগা মহাকীস্থ নঙ শিবতনা য়াই-কবা ওইগদৌরি। নহাক্না শিরগা মহাক্না য়াইকবা ওইবসিদি ঐদি করিম্তা পামদে। হন্দকী মপ্লোকসিদা ঐনা পাপকী থবকমক

তৌগ্রে, অতুনা মরাল ঈরৈ লৈতবা মুপী মচা অমবু মথবাই হাৎন-বগীদমক হোৎনবা অতুগুম্বা অচৌবা পাপকি লম্বীদা লৈখা তাবাদ তৌখিদ্রি। মহাক্না নঙবু হাৎনবগী মতেং ঐবু পাংউ হাঈ, মতু ঐনা য়াখিদে। ঙসাই বাফমসি ঙাংনরিঙৈ মতমদা নহাকসু লাক্কুনা থুংলরে, নহাকসু বাসি তারমগনী খল্লি।

কপাল কুণ্ডলা— হোই ঙাঙনবতুদি তাথি।

মোতি বিবি— নীপা অতুনা ঐবু মপুক্লিংদা অপঙবনী খল্লতুনা পাউতাক খরা পীনিঙলম্মী। মতুংদা থোক্লগদবা অতু করিনো হাঈবা খঙলতুনা নঙোন্দ পীবা হৌনবা পাউ অতু পীগে হাঈতুনা নঙবু ঙাইহন্দুনা ঐনা থমলম্বনী।

কপাল কুণ্ডলা— অতুদগী অমুক থোকলকখিদ্রিবগী মরমদি করিগাঁনো?

মোতি বিবি— নহাক্কী মরমদা মানা বা য়াম্না ঙাঙলম্মী। মহাক্কী বায়ামতু অসুম তাবদগী ঐ থেঙদোকপ্রে। নহাক্কি নীপা অতুবুদি মশক নিঙথীনা খঙব্রা?

কপাল কুণ্ডলা— খঙই, ঐবু অহানবদা য়োকপীরম্বা কপালিক অতুনী।

মোতি বিবি— উম, কপালিক অতুনী। মহাক্না অহানবদা নঙবু ফংবা, য়োকলকপা অমদি নপুরোইবগা নঙগনা মাবু নমথাক তৌরম-লগা চেনখিবা মরম পুম্নমক মানা তাকখি। নখোঈগী তুংদা থোক খ্রিবা থোদোক পুম্নমক নহাক্না খঙদে। ঐ মতু তমগে তাও,—নখোঈনা চেনখিবা মাইকৈ য়েংনবগীদমক মখোঙ চেংশিল্লবা অবাংবা

লৈবুঙ অমগী মতোন্দা মহাক্না কাখৎলুই; খঙহৌদনা হৈজোই লৈবুঙ অহু নিঙখাঙ্গৈরবদা মহুদগী ওস্থহুনা মহাকী মথোঙ মখুৎ অনিমক তেকখি। মহু ফনবগীদমক ভবানী পূজা তৌবদা, মাগী মমঙদা 'নঙগী ঈনা পূজা তৌদ্রিমখৈ ফমোই' হাঈখি হাঈরি। অহুনা অস্থক কুইরবা মতমদগী ঙসিফাওবা মানা নঙবু খিরক্লিবনী। হৌজিক মানা নঙগী লৈফন খঙলে, মথোঙ মখুৎ তেকপনা পাঙ্গল লৈত্রে, নঙবু মানা নিঙলিবহু থুংনবগী থবক্তা ঐবু মতেং পাংনবা হাঈ। ঐনা ফত্তবা থবকসি তৌবা য়াখিদে, পুকচেন ফত্তবা নিপা অসিগী মপুক্লিংদা নিংলিবা বা পূম্নমক নঙোন্দা লোইনা তমনিংদে। অহুগা ঐনা থবক অহু তৌবদা খক মাগী মতেং পাংলোই হাঈনিঙলি. মরম অহুমক্তনা নহাক্না ঐগা উনহুনা বা ঙাংনরিবসিনী। মসি ঈশাগী কাম্নগদবা লৈবা মরমহু থাদোক্কুনা তৌবদি নত্তে। ঐনা নঙগী নথবাই নঙোন্দা পীরবনী। হৌজিক্তি নঙনা কাম্নগদবা থবক খরা তৌ।

কপাল কুণ্ডলা— ঐবু করি তৌ হাঈরিবা?

মোতি বিবি— নপুরোইববু থাদোক্কুনা ঐগী থবাই কল্লু।

কপাল কুণ্ডলা— (ঙহাক খল্লগা) ঈপুরোইববু থাদোক্লগা ঐনা মফম কদাইদা চৎকদৌরিবা?

মোতি বিবি— মীরৈবাক্তা য়াম্না থাপ্না। ঐনা নঙোন্দা ফুরা-দলান, লল-থুম অমদি মীনাই হুপী-মপা পূম্নমক পীগনী। নঙনা মহারা-নীগুম্না লৈগদবনী।

কপাল কুণ্ডলা— ( বাখল খল্লগা, শাউনা ) নঙনা মতৌ করম্না ঐগী ঈতেং পাংখিবা হাঙ্গবদো ঐ তৌজিকফাওবা খঙদ্রি। ফুরা-দলান লন থুম মীনাই পুম্নমক অদুনা ঐগী থোইদোকপা কান্নফম লৈতে। অদুগা ঐনা করিগীদমক, নঙগী মু ঙাইহবগী লম্বী থিংগ-দগে? নহাক্কী নপুক্লিংনা পামলিবদো থুংবা ওইসম্নু। ঈথংদোই পাম্মুবদগী, মীগী মকাদা য়েত্তুনা হিংবা পামজদে, হয়েংদগী হৌনা, নঙগী নফমদা য়ৈথাই থিনগাইবা থোকহল্লিবী ঐসিগী মরমদা নহাক্না করিগুম্বা পাউ অমত্তসু তাবা ফংলরোই। ঐ মহৌশানা উমংদা কোঙ্গচং চত্তুনা লৈরম্মী, উমংদা অমুক কোইচং চত্তুনা লৈরুগনী। ( কুণ্ডলাবু মুংশিনা কোনশিল্লগা )

মোতি বিবি— ঈনাও! নহাক হীরম খুদিংমক্তা তাফদতা ওইসনু। নহাক্না ঐগী থবাঙ্গবু পীবীরে। ঐনা নঙবু পাইম্ন লত্রবী মুপী অমগুম্না থক চংহল্লোই। হয়েং অয়ুক নহাক্কী নফমদা ঐগী থাঙবা য়ারবী হৈ-শিংলবী মীনাই মুপী অমা থারক্কে। মহাক্না লাঙ্গননা নহাক বন্ধনান্দা চংলু। ঐগা য়াম্না চান্নরবী মরূপ অম লৈ মহাক্না নঙগী কান্নগদবা পোৎ পুম্নমক নঙগী নিঙবা থুংনবা পীগনী। ঈনাও! হৌজিক্তি নঙোন্দা তৌবিমল খঙবা উৎনবগী ঐগী পাঙ্গল করিমত্তা লৈত্রে। ( মখুত্তগী খুদোপ লৌথোক্তুনা ) খুদোপসি নঙোন্দা পীরবনী। ( কপাল কুণ্ডলাদা খুদোপ শিজিনবী; কুণ্ডলা বাখল অমদা লৈখ্রে ) খুদোপসি য়েলগা যবনী নচেম ঐবু নিঙ-শিংউ। অদুগা নপুরোইবনা খুদোপসি কদাইদগী ফংলুবগে হংলবদি

লুৎফ-উন্নিসানা পিরম্বনী হাঙ্গৈনা খুম্মু। ঙসি উনরিবসিনা নঙগা ঐগা উনবগী অরোইবা মুমিৎনী। (মোতিনা কুণ্ডলাবু মরাঙ্গৈবক্তা মুংশিনা চুপ্পী, কুণ্ডলা উ য়ুংবগুম লেপ্তুনা লৈ; মতম অসিদা য়ু ঙাওরবা নবকুমার ছুরি শক্তুনা মোতিবু হাৎকে নিঙনা তুমিন্না চেনশিল্লকপদা কপালিকনা মখ্বাং কোন্দুনা চিংথোকখি।) মুমিৎসি থেঙগ্রে, চৎসি ঐ নঙবু খি-দাকে। (মোতিনা কুণ্ডলাবু কোন্দুনা পুখি; নবকুমার অমুকস্থু ছুরি শক্তুনা চেনশিল্লকপদা কপালিকনা মখ্বাং কোন্দুনা থাম্মী।)

কপালিক— অঙাং! ঙাইখোনে তপথখো। সে হীদাকসি খরদংগা থকখো, পাপ চেনবীসিগীদমক লাঙতক্লগনু। (য়ু হৈত্নুনা পীথকই, থকই।) ঐনা হাঙ্গৈবা পুম্বদো নমিৎমক্লা উরেদনা? কপাল কুণ্ডলাসে হাৎপদা দোষ লৈররোই। মহাক্লা চৎলিবা শাজৎসি পরনারী গমনা চৎকদবা শাজৎলদো? ঐনা ভবানীগী য়াথং মতুংইন্না মহাকপু হাৎকনী। মহাক্লা নঙবু থাজহল্লগা নত্ত লমচৎ চৎলেদো, নঙনস্থু মহাকপু হাৎপদা মতীক চারে। মরম অসিনা নঙনা থবক অসিদা ঐগী ঈতেং খরা পাংঙু। থাজফম থোক্তবী মুপীসিবু ফারগা ঐগা লোইননা যজ্ঞ তৌফমদা মাবু পুত্নুনা চৎলু। (নবকুমার কপালিকগী য়ু মুন্দুনা অমুকস্থু থকলে, য়াম্না থীনা ঙাওরে।) মফম অত্নুদা নখুৎমক্লা মহাকপু বলি তৌত্নুনা ভবানীদা কৎচো। অত্নুম্না তৌরবদি লাইরেম্বীগী মফমদা তৌখিবা নপাপ পুন্নমক অত্নু কোক্কনী। থংঙু অঙাং! শেংলবা থবক তৌত্নুনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা পুন্থ

তানশিনগদবনী। অদুগা মীবু থাজহল্লগা, জাতি-ধর্ম্ম অমদি সমাজবু লৈথা তানবা হোৎনমিবা মুপী। অসিগীসু দণ্ডি তৌবা হাঙ্গৈবদুসু থোকই, অদুগা নঙগী মপুং ফানা ঈম্মন খুম্বা হাঙ্গৈবদুসু ওইগনী। (নবকুমার যু ঙাওবনা চৎপা ঙমদ্রে।)

নবকুমার— লাউ, ঐবু শমদুনা পুরো নঙনা নিঙলিবা ঐনা থুংহনগনী। (নবকুমার তুয়ে, কপালিক্না থাংবোই চিংবোই তৌদুনা পুই।) কদাই, নঙগী হিংচা য়াইতম্বা মানবা বলিগী থাও অদো, কন্নী ঈথুংমক্না বলি— কালিগী মাঙদা। (চৎথি)

**Light Off.**

# ১৩-শুবা উৎপা

মফম— সমত্র ময়াগী লম্বী।          মতম— নোংঙাল্লমদাই।

মী— কপাল কুণ্ডলা, নবকুমার, কপালিক। (কপাল কুণ্ডলা বাখন খনবদা মখোঙ থাংহুনা চইপা কাউরবগুম তৌরে, তপ্ল তপ্ল চৎলি, মপান্দগী মুপী খোঞ্জেন্দা বা ঙাংই।)

মুপী খোঞ্জেম্না— লাউ মুপীমচা! ঐনা নঙগী লম্বী চিংলি। মীওইবগী মফমদদি তেংবানবসি মুংঙাইবগী মশক ওই। মুংঙাইবা পাম্বগী বাখন অহুতনা তেংবানবসিদা মীওইবনা কোঈচৎ চত্তুন লৈরিবনী, অরাবা ফংনিংহুনা তৌবা নত্তে! মশা মশানা তৌজবা কর্ম্মগী ফলনা, মপুক্লিংগী অপাম্বা মহৈ য়ান্দ্রগা অরাবনী হাঈনা কনানা খোঞ্জেন বাংনা কপ্পা লাউবা হৌই। অহু ওইরবদি অরাবা হাঈবসি নিয়ম অমা ওইনা লৈবা নত্তে। হৌনবী পথাপ কাঈনা চৎলবশিংহুনা মপুক্লিংদা বাখন অসি নোংমা নত্রগা নোংমা শোঈদনা বাখন তৌরকখিগনী। মীওইবগী মফম পুন্নমক্তা মুংঙাইবা হাঈবসি লৈ। মুংঙাইবহুদা মীওইবনা তেংবানবসিদা মরা চেৎনা ফাজিন্দুনা লৈনিংই, মখোঈনা তেংবানববু থাদোকপা পামদে। অহুবু তেং-বানসিদা ফাজিন্দুনা লৈনবগী মরীদি অমগা অমগা মুংশিনবা প্রেমগী মরী অহুনী। কুণ্ডলা! নঙগীদি অহুগুম্বা প্রেমগী মরী অদো তৎলে;

নঙগী চঙজকম লৈত্রে, কনাস্থ লৈত্রে। লাউ, ঐঙোন্দ চঙজো, ঐনা নঙগী লেঙদবা মরূপনী।

কপাল কুণ্ডলা— কৎকনী, ঐনা ঐগী থরাই-হকচাং পূম্নমক ঈমাগী মফমদা কৎকনী। ( চৎখি, কপালিক নবকুমার থোরকই। )

কপালিক— তপথখোনে অঙাং, ফিংগৎখিগন্থু, সে থরুনবস্থু সিদা লৈরে। ( মী মকোক্কী পাত্রদা হাপ্পা য়ু পী। )

নবকুমার— ওকলে নঙগী থরূনবস্থু, কপালিক! ঐনা ঐগী পূরিংগী পরীক্ষা, অরোঙ্গবা ওইনা অমুক্তং লৌবা পামলি; মতুদা নঙগী পাংকম থোকপা মতে' পা নবগী মরম ফংলবদি শোঙ্গদনা পাংগনী। ( কপাল কুণ্ডলাবু উরতুনা ) কপাল কুণ্ডলা! ( কপাল কুণ্ডলা হন্দুনা লাকই, কপালিক শাউনা য়েংতুনা লৈ। )

কপাল কুণ্ডলা— তাকপীয়ু ইবুঙো! ( কপালিকতা ওনশিল্লগা ) ঈপা ইবুংঙো! নঙ ঐবু বলি তৌবা লাক্লিব্রা? ( নবকুমার শাউনা চোংশিন্দুনা কপাল কুণ্ডলাগী মথুৎ অনি শুপ্পাই পাঙ্গশিনপ্লে। )

নবকুমার— ঐনা নঙগী মরমদা মিৎকী পরিক্ষা লৌবা লোইরে, হৌজিক অরোইবা ওইনা বলি তৌফমমক্তদা নঙগী নচিন্দগী নাকোংগী পরিক্ষা লৌখিগনী। অতুগা—

কপালিক— লাউ ঐখোঙ্গগা লোইননা চৎসি। অঙাং! মাবু পুরকউ। ( কপালিক হন্দুনা চৎখি, নবকুমার কুণ্ডলাবু চিতুনা শাউনা কপালিকী তুং ইনখি। )

**Light Off.**

# ১৪শুবা উৎপা

মফম— সমত্র মপানগী উমং।　　　　মতম— নোংঙাল্লমদাই।

মী— কপাল কুণ্ডলা, নবকুমার।

( অস্তুম অস্তুম নোং ঙাম্থোরকই, হুইখৌ-লমহুইনা খোংবা মখোন তাই, করিগুম্বদা মকুনা খোংবগী মখোনসু তাই। মমৈথংদা উচেক-বায়া মখোন তারকই। মফম অতুগী উপাল বাপালদা মীগী শরু-ঙারু য়ান্দুনা লৈ, লৈমাইদা মীগী উনসা য়াওদ্রবা কোকী শরু কয়া চাইনা তাহুনা লৈরি। নাকল অমদা বলি তৌনবগী মফম অমস্তুং কালিগী মূর্ত্তি লৈ, উশাদা বলিগী থাওপাক য়ান্দুনা লৈ। নাকল অমদনা অবাংবা চীংহুম অমা লৈ, মসিগী হেক মথাদা সমত্রগী শরুক লৈ হাঙৈবা উৎলি। কপাল কুণ্ডলানা থৌনা ফনা মাঙ থাহুনা নবকুমারগা লাকই। নবকুমার য়ুগী নেশা থরা হম্বরে, মশা চোকথরে। কুণ্ডলা কালিগী মূর্ত্তিদা মুম্না য়েংহুনা লৈ, নবকুমারনা কুণ্ডলাগী মাইকৈদা চণ্ডশিল্লকপদা মী মকোক অমদা থুদি থি, য়েংউবদা খঙপ্রেক খঙই, লোইননা লমহুই অমস্তুং হুই-থৌগী মখোন তাই; কিনা মাইকৈ কোইয়েংঃ য়েংবদা মীগী শক-ঙারু পুম্নমক মথং মথং উরকই। মতম অসিদা মপান্দগী কপালিকনা লাউরকই। )

কপালিক— ঐনা হাঈরিবসি অঙাং মুন্না তাও। য়েংউ, অঙম্বা তোর্বান অসিগী মথাদা খোঙ লম্বী অমা লৈবনী, মতুদা কুম্নগা মাবু ঈরুজহল্লু, অতুগা বলি তৌফমদা মতম চপ চানা পুরক্কদবনী। তপথরগন্নু, অফবা পুংফম হেনগ্রগনী। (নবকুমার কুণ্ডলাগী মনাক্তা চঙশিল্লকপদা শরু পোলাং অমদা খুদি অমুক থিজিল্লি, লমহুইগী খোঙ্গেন য়াক্লা খোংলকই।)

কপাল কুণ্ডলা— ইবুংঙো! কিরব্রা?

নবকুমার— কিবা? ঐ কিদে।

কপাল কুণ্ডলা— অতু ওইরবদি করিগী হকচাং নিক্লিবদো?

নবকুমার— (ঙহাক থল্লগা) কিবা নত্তে, ঐ কপ্পা ঙমব্রে, শাউ-নিংবনা হকচাংসি নিক্লিবনী।

কপাল কুণ্ডলা— করিগী কপকদৌরিবা?

নবকুমার— ঐনা করিগী কপলোই? কুণ্ডলা! নঙদি করিগুম্বদসু মশক ফজবা মী উরগা নপূক্লিং ঙনখিদে। নঙদি করিগুম্বা মতম-দসু নশাগী ঈগী থাউ অতু ককথত্তুনা মোংফমদা হুন্দোকপা লাক-থিদ্রি। কুণ্ডলা! ঐগী চিংনবসি কোকহল্লু। নঙোন্দা ঐনা হাঈ-রিবসিনী— (কুণ্ডলাগী মখুৎ অনি পুন্না পাঈশিন্দুনা) নহাক অসে থাজবা য়াদবা লমচৎ চৎপী ঙ্গুপী নত্তে হাঈহুনা অমুক্তং ঐঙোন্দা হাঈয়ু। অমুক্তদি বা অসি নহাক্লা হাঈয়ু,— নঙবু ঐনা থম্মোইদা কোনসিন্দুনা য়ুমদা পুহনা চৎকে। (বা ঙাঙনা ঙাঙনা চৎপদা অহাংবা তোর্বানময়া য়োরে।)

কপাল কুণ্ডলা— ইবুংঙোনা করিগুম্বা মতমদা মত্তৌ অহুগুম্না অমুক্তক্ষু হংবিখিদ্রি।

নবকুমার— চুম্মী, ঐ মতু হংখিদ্রি হংনবা মরম ফংদনা ঐনা নঙোন্দা করিগী হংগদগে? হাঙৈযু কুণ্ডলা অমুক্তা হাঙৈযু, নঙনা অমুক্তা হাঙৈদ্রুনা ঐগী চিংনবসি কোকহল্লু।

কপাল কুণ্ডলা তাকপীরিবতু হাঙৈজগে তাবীয়ু। ঙসি ইবুংঙোনা উংখিবা মী অদোম নীপা নত্তে, পদ্মাবতিনী। ঐহাক অসি থাজবা যাদবা লমচং চৎপী মুপী নত্তে।

নবকুমার— (শাউনা) পদ্মাবতি!

কপাল কুণ্ডলা— ঐনা হাঙৈজরিবসি অচুম্বমকনি, সে,— খুদোপ তসিনা ঐগী থম্মোইদা লাত্তুনা অমুম্মক লৈরগদবা ইবুংঙো নঙগী মৃত্তিবু মানা লৈখিবগী মমলনি। লাইবক থীরবী ঐগী পুন্সিদা ফং-ঙমদনা সেবা ফংজগ্রবা ইবুংঙো নঙগী নমল পুতুনা ঐ চৎপা ঙম্মোই। (নবকুমারদা খুদোপ পী, হীরু হীরু কপলে) ঐবু য়ুমদা অমুক চৎপা হাঙৈবসি হাঙৈবীরগমু। ঐনা ভবানীগী চরন্দা ঐগী থবাই হকচাং পুম্বা কৎপা লাক্লবনি. ঐনা লেপ্পমক থবকসি পাঙথোক্লপ-দবনী। হনবিরো য়ুমদা, তেল্লবা মতমদা ফংজখিবা সেবাদা লানখিবা কন্না ঙাকপীয়ুকো ইবুংঙো।

নবকুমার— নত্তে, কুণ্ডলা, নত্তে— ঐ অরানবা খাথল অমদা ঐবু লমজিংল্লুরে।

কপাল কুণ্ডলা— মতু পুন্নমক ঐগী লাইবক্তা তমগ্রবনী। ঐগী

কৌরকপা পুন্সি ভবানীগী সেবাদা পুক্লিগু লুপচরকপনী, অরোইবা পুন্সিন্, থবাক্‌-হকচাংগা লোঙ্গননা ঈমাগী শুবাদা কথোকচরগে। মিগুরবসি নযাখং লৈরবতদা পাপ চেন্নবগী মপোক মহৈ ম্নানকগ- দৌরিবমী, তাকপীয়ো অমুক চিংনদনা। ( নবকুমারগী মথোগু অনি শোক্কা নোহ্ন্দনা শুক্লমী। )

নবকুমার— ঐনা নঙবু বিদাই পীবা ! নত্তে নত্তে কুণ্ডলা। (কপাল কুণ্ডলা নবকুমারগী মথোগু শোকউবা মথুং অনি অতুনা মরাঙ্গৈবক্তা কৎন কৎন হৌগৎলকই, পিমা থল্লবা মিং অনি উইশিনখ্রে, মথুং অনিনা লাইবক্তগী মকোকলোমদা নানথৎলগা জ্ঞান মাণ্ডনা লোংনা অবাংবা চিংহ্মদগী সমুদ্রদা হাঊথপ্রে) ক-পাল-কুণ্ডলা !! (নবকুমারনা থম্মোইদা কোনগে লাম্বদা ক,থিপ্রে। সমুদ্রগী ঈয়াওথোংবগা লোঙ্গননা নবকুমারগী থোঞ্জেন লাপ্পা নিনখ্রে।

END.

